# জমৈ ইমা

অইবী
ইরোম চনু শর্মিলা

# অফোংবগী ৱারোল

লৈবাক্কী করিশুম্বা মরম অমগীদমক নবেম্বব ৫, ২০০০ ইং, নোংমাইজিংদগী চরা হেল্লকখিবী ইরোম চনু শর্মিলানা জে এন হোস্পিটালগী স্পেসিয়েল সেক্যুরিটি ৱার্দতা লৈরিঙৈসিদা শৈবেং কযা ইথি অমসুং ইরি। ঐহাক্না মণিপুর হেল্‌থ সার্ভিসেসকী দাইরেক্টর ওইনা ফেব্রুৱারী তাং ২৮, ২০০৬তা থবক তৌজরকপদগী থা খুদীংগী তাং ১ দা নত্রগা থবক্তা যাদবা লৈরগনা খুদোংচাবা  নুমিৎ অমদা মহাক্কী হকচাংগী ফীভম যেংশিনবা চৎচৈ। অদুদা মহাক্কী অতৈ অতৈ দবকার লৈবশিং লৈরগদি মতেং পাংজগে হংলুবদা শৈরেং অসি ফোংবীনবা হাযরকপদগী ফোংজবনি। মসি পাব্লিসিটিগী অমদি অতৈ ইশাগী কান্নবা ৱাখল্লোন নৎচদে।

লেম্না মীযামদা খুদোল তমজনীংদুনা ফোংজবিবা কপি ১০০০ (লিশিং অমা) অসি মীযাম্না পাবীরবদি ঙহাক-ঙহাক্কী ওইনা শর্মিলাবু সংহ্বান কযানা / লম্নাই মীওই কয়ানা নীংশিংবগী মহুত্তা মতম চুপ্পগী ওইনা নীংশিংবীগনি হাযবগী অচেৎপা আশা থমজবি। মদু ওইরবদি ফোংজবগী মহৈ য়াম্লে খঞ্জগনি।



ডাক্টব থিযাম সুরেশ সিংহ
দাইবেক্টর হেল্‌ঠ সার্ভিসেস, মণিপুর

ইম্ফাল :
তাং ১, ২০০৮, শগোলশেন

## 'অপঙ'

তাইবঙ পুন্সীসে মপূ
থেংনবকপ লৌশিংন খঙলেনে,
নঙগী খূদোম্বীদা লৈবনি
'ঐ'বু হাযব খঙজদ্রব
মাঙগী তুংগী উঙমদ্রব
মশাগী যাইফনঙাই রাখঙদ্রব
হৌবিব উপালগুম চমখ্রব
তশেংন পঙদ পঙলব
আশাগী মপাল তাংদ্রব
মী মবক্তা তীলগুম্ব
হৌবেলগী হযেংগী খাক্তন
পীথোকপদ হালেঙব লৈতব
নঙগী অশেংব মিতন্নাকপসিংবু
কৈদৌঙৈদ রান নংন
মাযথোঙ নুংশুক নুংজান
নঙগী থৌজাল নাথৈহন্দুন
শেত্তে চাদে ফাওহনখিব
তাইবঙগী মীনুংশিদ চুদাইনখিব
নঙন ঙাকপী শেনবিদবৈ
মীওযন হিংহৈদ্রে তেংথা-নাউওইনখিব
কনাদ থোকহন ওইহনখ্রবগেনে ?
লাক্কদবা তুংগীদমক নাচঙদে ন
চবা শিংন ঙৌহন্দূন
মীনুংশিন কংশি শিখিব
থেংনবকপ লৌশিংদগীদী তাদ্রিযে !
অদুগ . লৌশিনবতগী লাইনীংব
লল খোম্বদ লাযচুবসিং
অশি অচঙগী খোঙলৈসিদ

মায়খোঙ মকা ফন্ন
শিগদব মরৈরব মপোক্সীদ
অশিববু হ্ পাপকুম
ব্রান চীক্ল পীখন্নখিদব
কদাযদ কনাবু শীংথাশিগে ?
অকা অকুমগী পুন্সীসিদ
লৌ-ন কবিবু কান্নবনোদা !
কারিমখৈ ফৈ হবাওগেবা
পুথব' মত্তংদন তক্সী শোনগদৌগী
নীংজকবগ মহৈগ তাইওন্নবগী
ঐগী শোয়দবসিদ লায়ওয়বগী
খুবৌন ফারগ খোঙথাঙবগী
থেংবাঙ খৃদিং তুশিনহনবা
লাইবক্ত য়ৈশিন্দূনত নুংহীক্লহনবন
অপঙগী লাইবক্ল মফবেদা !
ইতিংদ তিংব থম্মোয়
অউবন য়োক্লীং কন্নীংব
শৈতানমক্লসু মীনুংশি লোৎঙমদব
হ্বানবন হ্বানপোৎ খাইনীংব
তাৎ চঙদব লোনচৎ
অপঙদী নুংশিবগী শক্লোন্নে
তাইবঙদ য়েক্লবা লৈতেদো !
মপূ নঙগী চাংয়েং
তাইবঙ্গীতীং ফুদোকফম
নেম্ব ব্রাংব লৈতব
মিৎকূপ'মগী মমল লাযথোকহৈদব
পূংজা'মন অমবু মন্তীক্লহৈদব
মালেম ফম্পাক্লী চাংয়েংশঙশিদি
খঙদব অপঙচুমচৎন
মশা খঙজদব খোঙথাঙদ

নঙগী অপাম্বদ ওইদুন
লৈতবগী মতীক তোম্থ
অহৈ অশিং শাশিন্নদ
অশোয অবান পূম্নমকপু
মপূ নঙোন্দ শিন্নথোক্লুন
অমাঙ্ অতোঙগী হৌবকফম
পোকপ শিবগী মক
নঙতগী নমিংদ খূথাবন
তৌগদব তৌবোহিদব ব্রাখঙদ্রসু
থাকুব পান্দোঙ'মত্ত মাহন্দ
মীঙোন্দ থোংদোকখিব চবা'মত্তে
মহৈ লেম্ন মাঙহন্দ্রীব,
মনূং মপান লৌথূপহৈদ
নুংদ লৈব থব্রাযগী
অবেপ্ন পূক্লীংগী ইহুল,
অফা অপুন্নদব ব্রাঙাঙদ
খূৎশেম য়াওদ তকুবগী
ব্রাহৈ খূদীংন অতাবগী
থম্মোয নুংওল্লোই ঙম্হন্দ্রীব
কনানবু হোংহনব ঙম্বগে,
অপঙগী লৌতুনহৈদব ফিবেপ্ত ?
অহ মপু ! যেংহৈবিব্রাদা ?
অশিংবদসু অপঙবদসু চনহৈদব
মবক শবক্লী লুইদা !
খঙলিবনি হিংলিব পুক্নিসে,
ঐন'ওইহন্নীংবদ যাদে,
নঙন খুর্জি পায়বনি,
পঙলোদনা'সু পঙই যানীংহন্দ্রী
অদুবু, মীপানলাংগী তাইবঙসিদ
মপান নাইব খুৎশেম্লনে,

ইখুৎন চরা চীন্দমখিদ্রব
কুমওন তবেৎ লাল্লরুসিফাও
অহিংবগী মনিল নাইবিবসে ।
পান্নে লৈতবন নাথেঙমদবগীনি
নঙগী থৌশীলনি খঙদুনসু
তাইবঙ পুক্নীসিদি তেল্লীদো
খঙ্ব খবতন খাঙহৈবনে,
হৌজীক'সিদ লোযন ঙাওনৈনে,
অকোযবগী শহুমসিসু কনখ্রে ।
লৈঙাক ব্রাশুব অঙন্বসিংদী
শক্তীদ ঙাওবা লৌনমচাউবমক্তনিদো,
কবিবু হাযসিগে শীংথাবদ
অশিবতবু থৌবালবী তাইওন্নববীগুম
অসুম্ন ঐবু যোক্লীবসিনিদনা!
মখোয়গী ফুবিৎখাউদগী ওইবম্মুদন!
মখোযবু অহীং তূমখিদবো?
শেলন থব্রাযদগীসু লূমজবিদূদ
মীয়ামগী লনগৈদে থোংদোকপগী
ইব্রায় ইনীল নাইদন
নতিক্লী নবাইনি থৌশাদবনে ।
মীওইবগী ব্রাংলব মপোক্সে
শিবগ লোইববনি খনবন
আত্মাগী ইকায়-খুম্নবগ মিহৌদবনে ।
মতাঙ চাবিঙৈশিদ ফংলিঙৈসিদ'ন
লৈপাক্লী মতোঙ মখৈ চুপ্পনিনে!
মীওইবগী অকাম্ব ফিদম্মখৈ
মখোয়গী লূ-তোংগ ইবোয়নবনে!
থম্মোয়শেংদবগী অমোৎপমক্তন
মপূক্লীং লুম্ব লৈতবগী
মহৌশাই অচীকপ লমহাঙ্ভসিংদ

কৈদৌনুংদ নাইতেম চৎঙমদবনে
অমন্বদ খ্বায়দগী মীশোন্নে,
অচৌবগী মচৎক তাইওন্নব্রব!
লৈঙাক্ ফমথোন্ লুখ্রব
লাইন থাব ফিদাদো
মখোয়গী অরান অহুইমক্তন মাংখোক্তুন
ফম্নীং ফম্নীং লৈতাহন্দ্রীনে,
মথূনগ পক্লবগ হৌগৎহন্দোইগী
শিরবফাও য়াতাহনফম থোকপদে!
মদূত তাদনব শেন্নবদ
মখৌগুম লাইনিং ওইবিঙেদ
মীয়ামগী মীহুৎনিকা নীংশিংঙমদন
লৈপাক্নী মপূ পান্দবগুন্নীসিনিদনা!
ঐগীসে তাকপা নত্তেকো
ফোঙদোক্লগদি নুংদ য়াংখৎপদুইনে,
করিসু নিজনিংদে নফমদগী
ইমাগী শীওন্নুংদ যাতাবিঙে
পূক্নীংগী অশুপ্প মশক্তী
নঙন য়াখোক্তুন লৈখ্রবনে,
অদুবু, পেন্দবন ওইনবনি,
কাব্রঙ্ তীলবু ওইনীংঙে!
নঙগী খূৎশেম থৌশিলন
তীনদ তীলনি অতাক্লন
চাননবত পঙহীং হিংবদুন
তাইবঙবূদী চবৈ থোলহল্লীদনা!
অশিংবগী মচৎনে'ন তৌরিসিংসে
খীজরে, পেঞ্জবে মপু :
থব্রায় অমমম পুথোক্লকপদ
কয়াদ হক্ল খুথাব!
নঙগী তৌবীমল ব্রাখঙদবসে

থম্মোয় কায়রে উবদ
করিনো তাইবঙপানসে থুপচীল্লমদাইরো,
মপূ মশক খঙদশারন
ব্লাবকপদ অসুক থৌবসিবু!
অশিং শাবদ লোয়ন কাউনবমাল্লেনে,
মীসি লানব নাই'সি!
মপূক্লীংগী অকান্ববুদি ব্লাবকহৈদন
লানব নাইদব মপূ :
নঙগী থিংঙমদব ব্লাযেনবু
মীগী খূৎশেমগুম মন্ত্রীক্লদুন
ব্লায়েন মপূ শাবিব
মিৎকুপ পূংজা কাংদন
ঙাকপীফম থোক্তব মরালদ
শিবগী চৈবাক পীবিনি'ন
অশিবসিংগী ঈহীং নাইহিতন
লমজাও লমহাঙ্‌বু কূপ্লীব
মীন থব্লায় পানাখৎলকপসিদ
ফাগী য়াদব মপূ
নঙনদি লেম্ল থাবোইকো!
মসিবু কনাদ মাঙজরিনো ?
অশিং-অফ শাবশিংসিদী খঙজপোত্তেনে,
অপঙন মফরবনে তাইবঙপানসিদ
কায়জদব অপঙ চুমচত্তী
মাগী অকোয়বগী মতৌসিং
মহৌশাগী লেঙলি চৎলিসিংসে
মহাক্ল মখোয়দ কায়হৈদবগুম
কনাদসু কায়জদন উবন
মরুপকী মথ্বায় হাপচিন্দুন
পূক্লিংগী পোত্থাফম ওইজবগী
পাম্মূন য়োকচ শেঞ্জবনে।

অপগুব মান শেমহৈদব
পোংকী ওইব কান্নবসিং
মীওয়বন পুন্সীরোনদ য়াওন্নরিব,
খুৎশেমগী লূরব লাইজ,
ভাল্লিব ঈথক্কী মৈ,
মপূম ওইহল্লক্লীব পোংকুপসিং
খীত্তং খীত্তং'সিদ থরায়মক্কুম
কৈদৌনুংদ লেম্ন হুন্দোকহৈদে
অশিংবদসু অপগুবদসু চন্দব
ঐগুন্ন মবক শবক্ল
অবেন্ন অশিংব শাবদন
নোল্লুকপ অপগু চুমদ্রীংসিংসে
মোবোক মেৎপদ চোপ্ল
খীগুপ শিকী - আনা কৌবীনি,
ময়ামদগী তোখাইন ইন্থোকপীনি।
পূংফমসিদনে অপগু ওইজনীংলিসে
শেমগৎলিবসিংদ তৌবিমল ব্রাখগুদব
লোইথোকপ লংথোকপদ অরেন্ন-শক্ল
য়েংখি খূদীং অহোব
ওয়ন , শোন্ন পাল্লিদো
মরক-শবক্তন মীপালদ হিংবনে
য়েংউ মপু ব্রাখগুব :
খুৎশেম লাইজন লম্বা গুমদব
চীংমায়গী লুত্রব ঈশিং -চাইবী
তাইবগু থম্মোয় শুমহৎন
ঈরাওখোলগ লোয়নন লেপ্লায়দা
ঈপাক্ থূম্ন চাইথবিব
মফম মফম্ন পুবনে,
নুমিৎকী মৈশা মগুালবু
মপাল নাইদে খগুনরসু

খুৎশেম চণ্ডদব নুংশাদবু
কনান চাক থোংহ্নেবগে ?
খুৎশেম য়াওদন হিংহ্নেদবন
খুশেমগী মমল ৱাখওদ্রদী
চাকথুং-ফিথুংদবদী হৌনৈনে !
ৱায়, নুংনাংএ মপূ
মীগী থম্মোয় পাল্লুবন
মবক শবক্লে ৱায়এ !
অপঙ্ তীলগুম লেঞ্জনিংলেনে ।।

---

## "ফীজোল হোংব"

থম্মোয় ঐগী ৱাখঙবী
নুংশিববী ঈমা কামৈ
নঙন পামজন থোনবীব
পুক্নীং ঐনসু খোয়দাব
শেৎলবনি নুংশি খুদোলসে
তৎলরোইদব লংলান পুনখ্রবনি
পামজব কনাগী মিৎমাঙদ
কাউদব মমি থমখিনব
খ্বাঙচেৎ মচি লাংহল্লগে
লমজাও খোন্ন পাউথোকপ্রগ
নঙগী নাপদ য়ৌরুনব
মরমদী নীংথীমল্লে, পামজমল্লে
থম্মোয় ঐবু নুংওনহল্লে
ঐবুদী অসুক শাৎকায়হল্লগ

ইমদী করিগী হোংলোইদোইনো!
হোংবীযু পূক্লীংগী ফীজোল্
মিংফম্ খূদীংদ ফজব
ফজবদ খূদীংমক্ তূংবনি
কনা'মত্তন খেত্তোকপ ঙমদবনি।
অরেপ্প লৈতে খঙনরব
মথোঙ্ হকখিদ্রব পূক্লীংনে
চোংদূনত লৈব য়োংগুম্ব,
অদুনবু অওনব লৈবল্লীবনে
ঙমখৈ নাইদব অপাম্বন
লেপ্তুন লমজীংলিব তাইবঙসিদ,
অশিবখক্তন অবেপ্প পম্বূংনি,
মীন পানব তাইবঙপান্দ
চংনবী, নাং, লাইনীং
ঙম্লমক্ মীন থোকহনবনি
অমাঙ-অতোঙ পূনবনে
মতমগী খোঙলৈ তুংইনবগী
ঐখোয অহিংব কৌবিবনি
ফিভম, মফম, মতমদ
লৈথোক্ লৈশীন্ হৌনশানে
লাইওযপ্পব ইপা ইপুদ
তৌবিমল উৎপ ফিদম্লী
মচা ওইবগী হৌনবনি
অদূবু, মখোয্সু মীনিনে।
নোংম নোংমগী হোংলকখিব
লমহুইগুম লৈখুলদ হৈনবম্ব
ফি থোংদন শাহীং চাবল্লীব,
খন্ননব কোক্কী মপান্ন
থৌবব খূৎশা শিজিন্নদুন
মতমগী য়াওল তুংইল্লিব

মীগী ৱাংত্রব থাক্লী,
হৌজিকপু লৈখৃলদ হঞ্জীল্লো'ব
ইমা নঙসু য়ানিংলোইনে!
অৱাঙব পৃক্সীগী ফিদমগীদমক্
পৃক্লীংগী ফীজোল হোংলসে!
ফজব হায়বসি নুংশিবনে,
নুংশিবগী লোচৎতি অফবনে
অয়োক্‌প য়ূমশান খঙ্ঙল্বা
ফিভম'মত্তন খেত্তোকপ য়াববোইদব
থম্মোয খৃদীংদ ফাওনবনে।
নুংশিবগী লংলান পূল্লগনি
থম্মোযন থম্মোযদ পেন্নবিব,
পোৎকী ওইব তাইবঙ্সিদ,
অপাম্ব থুংননবা শিঙ্খাবদ
শিঙ্খাদূন ঐখক্ত নুংঙাইনঙাইদগী
মীঙোন্দসু য়াইফনঙায্ ওইবব
লাইবু পেল্হন্বগ মান্নববনে,,
ঐগী হিংনঙায শীঙ্খোঙ্দ
মীন খুবৌদূন তুনবদী,
শীল্লম্ শীঙ্খা কাযববনে,
হৌন খঙদবগী থৌওঙনে।
ফনমক্ লনগৈ চোন্দূনসু
মিংচৎকী লনগৈদী হাঙলদবনে,
তাইবঙ পুক্সীগী লনচাক্সে,
থূপ্ত্রে ঈমা হীবম খৃদীং
মন্‌বা'সে শুক্‌যামক্ য়াদেনে!
অহীংবগী মচিদি চীঞ্জাক্লীদো,
চীঞ্জাক্ল চৎলিবনি ঐখোয়্।
ৱাত্ত পাদবন মকুনে,
হেন্দোক পাথোকপদী মাঙনঙায়নিনে!

কবিন : মীদী কবাম্বনে,
মপৃক ব্রারক্প ঙমদেনে।
হীদাক্পু চীঙ্গাকুম চাববদী
চাকখাও থুম্ন পেল্লনিদো
হ্গী মৈশা পাল্লক্অনি,
মীপৃম্ খৃদীংমক্ল খঙনবস্
'য়ু'সি মীগীদমক্লী, হীদাক্লী,,
কনান ঙাক্ল থক্লবগেনে ?
নীশা পুবগী হৌনশা
পৃক্লীংবু মযায্ কাহ্নবন
পামজবিব মীগীদমক্ থব্রাযনিদো!
তাইবঙ্গী চাউখ্রব শীনশঙ্
পৃথী ইমাগী তম্পাক্ থক্সী
শুনীংবসিংগী শীল্পান থল্লিবন
মীগ মীগ পানমিন্নবসিদ
মীগীসু ব্রাখঙ্ন শীল্লঙ্সে,
মপৃক ব্রাবকঙমদবশিংগী মাঙ্নফম
যুবু তৎন থানফদন
চৎনবী থাজনবীগী থৌইন্সিন্ন
পোকপদ যুপান্ থাবিব
শিবদ মংকৎ ওইনবিব
পামজবিবন পেঙ্গবগীনি থিংহেদেযে,
অদুবু ইমা কামৈ
অঙাংন অহ্লদগী শীন্দম্বদ
যু থোংবদী যাওহনগুমসিনে !
হৈনীংলিবখৈতন লোন্ন হৈজখিসনু১০০
নমথীমল্লী, লৃমন্দে শীহ্বোঙসে,
পৃকচাকপু যু ওহ্বোকহ্নবন
লৌউদব লায়ববসিং চাকথুংনদে,
লৌমীসু লাযব তানহল্লি,

শীগ্মীসু নীশাদ লায়চুদুন
শুন শুন মীমান্নদে;
শেন্দান লম্বীন মকোম্মল্লব
পৃশীবু কাঙ্খথাঙ ওইহল্লিনে।
ঐন ইথৌ পাঙজবদ
মীবুসু য়োক্লঙায় শীছাসিং
মীনসু লাইনসু য়াব
লূন লেম্ব শেমগৎলোব্দ
লৈবি মপান্ নাইদন
লোইজী লোইয়া খুনপাক্থক্ত।
পৃথি ইমাগী লৈহাওসিদী
কাঙলোন চুম্নবু য়োকখৎলী
মনিমতুম পোক্পনে।
পৃথিগী শা-হকচাং অমত্তদ
পৃংফম'মত্তদ যামপ্লে শক্লোন্
অমম্বসু অঙানবসু পৃন্নী
খাদ নুমিৎ য়ুংলিঙৈ
ব্রাংদন অহীং ওইগনি,
অদূন, লেপ্লাইদে কৈদৌনুং
তাইবঙ্ ফম্পাক্পী শীছা!
ইমা নঙসু খঙলমগনি?
ষণগাডি থৌব লৌমীগী
অহীংগী লমশাঙ খোংচৎ:
মপৃগী ব্রাখঙ্ব ষণ পাবোৎন:
ব্রাবন শদৌ থেং
মপূন ষণগাড়ীথক্ত তূমথোক্প্রিঙৈ,
লম্বী লমখায় চুম্দ্রীং
ময়ূম তম্ন চিংলক্তূন
অশিবগুল্লব মপূবু লমজীংবীদুন
অব্রা নুংঙাইগী পৃশীবোল্দ

লৌমীবু ঙাক্ শেনব
লেঙদব মকপ্ ওইবিনে,
অদূবুঅচেনব গাউীদি।
মথ্বায পান্দে, ব্রাখঙ্দে,
অথৌব মীন ঙাওবদ
অথৌবসু অতোঙবসু লাকথূদুন
লম্মখাঙদ পৃঙ্গী লোমহল্লিদো।
মতমগী যাওল্ন থৌইঙ্গিনব
পোৎকী ওইব পান্থেসিংসিদী
শিঙ্গীন্নবিবনবু মাযওন ঙাওবব
পৃঙ্গী চূপ্পদো লম্মাঙ্নহন্বনে।
অদূননি, ইমা কামৈ :
মালেমগী থোই-হেন্ন খূৎকনবশিংন
শক্তীগী কবান্থগী থৌইঙ্গিন্দ
মালেম্বু খূদূ ম চঙ্গীন্ননবগী
অশোনব লৈপাক্লীংদ লান্দাবদ
নীশাবু খূৎলায ওইনদুন
অপঙবা পাঙদব খুন্নাইচাসিংবু
নীশাগী মোন্দ্রঙ্দ নুংঙাইহল্লিঙৈ
লায্ন শীংচেপ থাজীনহৌদুন
মীগী লৈঙাক্ থুগায্বগ
লয্লম খুঙ্গী পায্শিল্লিব
কযাদ কোমথ্র থুম্রবনো
মীনায যোৎহ্লিং থুবসে।
পৃক্লীংগী মচিনিনে কোক'সে,
মীৎশিং নাশিংন চৎলি মতীক,
মীথোয মীহেন তানবনে,
লয্লমগী শবৌলাংদ থুম্রব,
লৈপাক্ মীযামগী লূচীংবদী,
মীয়াম্ন আশা তৌহৈদ্রবনে :

মবীল্ হামপোইনবব ফাদোকূম্বনে,
মশাগী হক্রা চৎচদ্রব,
মীন থীবোঙ্ পান্নবীরব,
অমম্ব মোন্দ্রঙদ থোইচৎনবনে।
য়েক্লববু মকপ্পী থাজবগী,
মবল তুম্বমখৈ লৌতূনদুন
খুন্নাইলোন্গী কাঙখুল মুৎননব
মরৈবাক্কী যৃষ্টীবু ফুক্তোক্ঙম্বনিনে।
অদুবু, ইমা কামৈ
অশোনব লৈপাক্লীংদসু মান্নদেনে,
লয়্লম্ মীখা পোন্দূনসু
পূক্লীং লীচৎতী নীং-তম্ব
অচুম্বগীদমক্ শিব কিদবসিং
লাইবক্তদ তাইনদূন লেম্ব্লোক্তন
মবৈবাক্কীদমক লেপ্ত চোংথোক্লক্তন
থব্রায হকচাং যাওন মাযোক্লবদ
মৈবীবু ফিন নমহৎঙমদবগুম্
অচূম্বন অবানববু মায়্থিহন্দুন
লযলম্ লৈঙাক মুথৎখিবদগী,
নীংতম্ ইহৌবু মাযোক্লনব
লাম্মী মপৈসিংদ থাধবম্ব
লৈপাক্কী পাঙ্গল-লল পূম্বন
হৌগৎলক্লীব মহৈরোইশিং শেমগৎননব
লৌশিংগী মঙাল্দ শিজিন্নরকপদগীদী
মীশীংগী চাদ ৯৫ ফাও
তেল্লব মতম খবতদ
মহৈ হৈব ওইবদুন
মালেমদ ইচঙ্ থৌবক্লীব
খূদম্ চাংদম ব্রাক্তেনে,
অসিবু থাজব ঙমদববো ?

কোক্কীথৌইঙ্গিনমক্তনে তাইবঙপানসে,
চীঙ্গাক্ক মথৌ হাপ্পনে ।
চাক্খাওদ ফাগী য়াদেনে !
পৃক্লিং হকচাংসে লূহনসে,
তাইবঙ্ থৱাযগী কায়দোঙফম
অইঙব অশঙবন লৈতেংবী,
তবঙ্দ তোমথীন্নবী পৃথিবীগী
মচা ওইবদ পক্চহনসে
যেংবীযু ইমাসে, ইমা :
অচৎ চত্ত খূদীংমক্সীবু
অনেম্ অৱাঙ্থিদ
মতম্পাক্ত মান্নন চিংশিন্দুন
চপ মান্নন নাউকোন্বীনে !
মহাক্ত শীন্থা লেপহৈদ
কোবৌবু থৌগল্ তৌবগী
ঐখোযসে অহীংব ওইবিনিদনা ?
মহাক্কী ফিদম তুংইনসে,
চীংশাঙ নাপোমদ কাশী,
উবৈগী নাচোম্ন নাপদ
তম্পাক্কী চবাঙনববু নুংওন্হন
হৈবাঙ লৈহীবু খীকথদূন
থম্মোয্ থূম্ন পেন্নহনসে ।।

---

## “রুমী”

রুমী নঙন ঐঙোন্দগী হল্লিবসে
চহি চাতবেৎ হুফুমঙাখক্তনি
চহিলিশিং অম লান্দ্রীবমখৈদী
নঙবু ঐন লাইগুম্ন উঙমদে
অদূন ঐন হোৎনবিবগী মতূংইন্ন
ঐন নঙগী ফিদম ইনবসি ওইথোকই
নঙগী শেংলব থম্মোয়দগী লৌশিংন
মনাক নক্লব অমোৎপ’মত্ত লৈতাহনখিদবদো
মীগী ফত্ত অমোৎপবু শেংদোক্লব
কবি লাইব্রা পুখিবগেনে নঙবু ’?
নঙগী মপান নাইদ্রব মীনুংশিদ
য়াওবি ইফোঙ্ ফোংব খূদম্
লৈশেম্ব মপুগী খুৎশেম্বু নোল্লুকপগী
লূমন্ শেংমল্লি নীংথীমল্লী নবমচৎ
নশক উহৌদবনিন নপাউ তাহৌদবনিন
নঙন তাইবঙ যূম্লেপ চাবা তন্নম্বদো
নচান খুদূংদা নভাল যেলহৌবদো
ঐমকসু ঙসি ফংলিসিমক্ত থাজদ্রিবনে।
মমান মপান কবম্নবু নাউকোল্লকখিব
অশেংবত খন্নবব অফবত তৌননব
কবি হৌন-কাঙলোনবু যাত্তূন থম্বীবম্ব
পূক্লিং ঈচেল ইকুত লূননবগী থৌশীলদ!
খল্লীবনি হকচীন্ন কল্লক মিহৌ যাওন,
ঐগী ইপা ইপু লাইওইবসিংসু
হাক্ল পঙহীং হিংলম্বদী ওইখিদেনে
অদুবু মচা হাক্তক্তা মহাম তাব’দূনি
মীওযবগী চাওখৎলোন্দদী খোর্জে-কোর্বাক্ল যূমফম্নীদো
থম্বীবমদব নত্তে তাবূনুংগী লাতম্দ ইদুন

তাইবঙ যূম্বাল্লোন লাইব্রা অথূপ্প
খুহ্যোক্ঔেদগীন ফম্বাল তোংদুন পাল্লকপফাওগী
অদুবু, হে মৈ, তমথীখ্রেদা !
পোকহন্নবগীদমকসু মৈ, তুমহন্নবগীদমকসু মৈ,
ঙম্নমক মৈবক্ত তাঙ্গোয় ওলহনখিবনে
অদুবু কমী, নঙন খঙইবদূনি :
নুংশাগী মৈশাদ মৈবীক্তী য়াওদেনে,
লম্মৈন তুম্ন ব্রায়দ্রিঙে উমংদো
মীগী খুত্তগী মৈবীন কাইহৌক্লবনে !
নুংশিৎ নুংশান মথোয হাপখিব
মপূগী মতীকপু লল্লোন্দূন চাবসিংন
ইনাৎকী থম্মোয় লাইযুমদ মন্তীক্লবখি,
শেল্লেপ মাঙদনব লৌনম্ চীবোলদ
লাযন থাজখি হীবী-কোন্দব ইনীংথৌ
ব্রাখল্ মীযেং থেনবন থোইচৎনখি
ব্রাংউব মাযচৌগী পাউমেন খেত্তোক্লন
তোপ-তোপ্প লমীৎ-তুমীৎকী লোল্
চৎনবী হৌভম শাৎফমগী থাজনবীদ
তোপ তোপ্প যূমফম থোনব লাইনীং লোনচত্ত
শাবঙ্গী তেনব্রান মীবোলদ লূপ্পগুম
ইপা-ইপূবু মীগী থাক্তগী চিংথদুন
ইনাৎকী মীহৌবোল ব্রাংউলোন খোঙ্গোয্নখি
মক ফুক্র মাঙ্খিনব পোবম্দ,
পুয়া খোমগত্তন মৈজাও থাখি।
ইনাৎকী লাইনিংলোনবু ইশান খোঙ্গোযনজবদী
হুম্বব ব্রাখলল্লোন চেল্লকপ হৌনশানে,
মীৎ উদবন চৈশু মাবগুম
পূম্নীগী পান্দম তান্নব লম্বেলদ
মীগী ঙাক্লৌ যাওদন চৎঙমদেনে !
ঐঙোন্দগী শিংব মীগ চাংদমন্নবদী

ঐসে সুম্ সুম্ পঙশীল্লকইনে,
ঐঙোন্দগী শোখবগ লম্বানবগন নব্বাঙলকপ ।
ইপা ইপূগী লাইনীংলোল লম্লানবগী
ৱাখল্ মিৎয়েং ঙাওবি ঐখোয়,
ইথৌ হন্দোক্লুন চগৌ য়েংলিবন
মীতৌ লৌনীংবদ অওযব নাচঙদ্রী
অদুন : নুংতিগী চূশীনম্রব শাজত্ত
নোংঙানব নুমিৎতাব মবোল মবোলদ
ইথৌ শিৎ-শিত্তুন হৌহনখিবন
য়ূম্বাল পুন্সী হোত্রোঙ হো
তাইবঙ পুন্সীগী মৱেক মহাও'মক্ত
ইখুৎন তান্দুন পুথোকপগী ৱাখঙদ
মী কৌবনিন চাদনদী হিংঙমদ
মীগী পোথোক্ল পুন্সী কন্নেনে,
মীচাক্ চাববনিন মীৱা ইন্নীংলে,
মীথী শেংবসু ইথৌ ওইবে
অদুন নীংগদব মপৃদী নীংদ্রদূন
মীন লাইবক লেপ্পীবিব পুন্সিগীদমক
ঐখোয মীগী খূৎলায ওইবিনে ।
কমী : নহাকসু অঙাং ওইবক্লীবনি,
নুমিদাং মকপসিংগ উবাউবী শান্নবক্লমগনি
মমশীনখিদুন যাম্ন শান্নহৌববোই চেনবদো!
তূমশিৎ ফাভাত্তবগী য়াহৌবদন নোংঙানহন্নীংদবদে!
অহলগ অঙাংগগী খেন্নবসে নুংশিদ্রা ?
পূক্লীংগী ঈচেল্দী চপ মান্নব !
অমম অঙান অনীগী অহোংব শক্লোনসিংদ
মপৃগী মতীকপু শৈথাবোই ঙমদ
নুমিৎকী মশেক্কী ফিদম্ন চূদূন
পূক্লীং মীৎয়েং চুম্ন শানখ্রব
নমহৎপ ঙমদব পাঙ্গল লিংজেলন

তৌথোবকপদ থাজনীংঙাই ওইদন ঙকহল্লিব
হঙ্গাম মক'মন চীংজাও লেঙহল্লি
থাজবিব নহাক্তন মহৈ চাবনি
লাইনীং লীচৎ লূবগী মহৈদূ
অকব নহাক্তন ঙক্র থোক্তবনি।
মাগী খূৎশেম্নু যাইফনবত থৌশীনব
নহাক্তন কিবনি মপূদ লঙজবগী চৈথেঙ্
তাইবঙ শীছা ব্রাখঙব নহাক্রীনে!
চীংজাওগুম উপালগুম নুংশিৎ চাবগ
লেপ্ল হিংহৈদব মীগী পুন্সীন
মশা খঙজদ মতমগ হিদান্নদূন
উন উন মতম্ন যাঙশীনখ্রিব
যাচঙলক্লবোইদগুম নুংথিলদ নুংশ্যা যাইবিঙে
শাংখ্রব নোংঙানবদগী নুমিৎ চঙবফাওবু
হিংনবগীদমক শুন চানঙায কোন্নদ
মপান নাইদ্রব তাইবঙ-কৈথেল পোৎলক্সীদ
মবেক মহাও ফংনবগীত নাচঙবদ
ফিভম মফম মতম্ন ফাওহল্লব
লম্বীগী অব্রা অনা খূদোংথীবসিং
অতোপ্প অচৎ-অওক্র নংলিবসিং
মীওইন পানমিন্নবৈ অঙস্ব পাংহৈদ্রব
তাইবঙ যুম্বান ইথন্দৈ ইতীংন ওইঙমদবসে
মীগীসু যাইফনবৈ চাকথূং খাইঙমদ্রদী
পুন্সীগী খোঙথাঙ খূদিংগী তান্ককমখৈ
তাইবঙ লৈশেম্ববু লঙজবগী খোঙথাঙনি,
হৌনখঙদব অবেম্ব মপোক্রী'সে
মীনুংশিন লমজীংলিব নঙতন ব্রাখঙই।
ওহ কমী : নঙ থাজব্রনে?
মপূগী খূৎশেম তাইবঙ্ ফম্পাকথক্সীদ,
অঙম্ব শাথেক্ত শক্তম লাংলিসিংদগী

## অয়েংব অতাব নুংঙাইবদং লোক্লীংব

মীগী পোখোক্ত চাংয়েংগদোইদ ঙাইব
মশাগী মতীংন মশাবু তেঙবাঙজদবসিংনবু
মপা-মপু শেন্নীব মপৃগী খৃৎশেমসিংদ
মীনুংশি ৱাখঙন নোল্লক্লীংগনি হাযব !
য়েংউ : ঐগী চাকখাওদ থাজীন্নীবসিংসি,
হাপ্পীব কোলসিং লীক্লী প্লাস্টিকসিং,
হীপ্পীব ফমূংগী অমোনব কাছু
লৈতেংগী মশক কাগী নীংথীবসিং
ঙাল্লিব অমম্বদ লেনটর্ন, বম্ব,
লাইওঙ লেপ্পব ডোক্টবগী খৃৎলায়্সিং
ঐখোয়গী কোক্তগী হৌবকপ'মও যাওদে
ইতীকসু ওইদে শিন্দমদ য়াওরক্তে
তাইবঙ্ পৃন্সিবোলগী মতীক চাননব
মহৌশাগী লৈজবম্বসিংদগী খৃৎশেম ওঙ্খোক্লনবৈ
লৈপাক্লী শুপ্পখক্কী চাংয়েংফম্মী মীপোৎকী।
লাইনীং লম্বী লম্ফাংনবগী হৌনবী,
লৈঙাক মপু অশেংব ললদ মীহৌদেযে,
থৱায়গী ইকাযখূম্নবদগীদী শেলন লূমী।
লৈপাক্ ঙাক্লব ফম্বাল তোংহল্লগ
শেল খোম্বন মথৌ ওই ,
হিংলিব পুন্সীসিগী খনবদ ইকায়যে।
ঈবীক্তগী ঈপাক লৈরীক্তগী লৈতুম
ঐখোংয়্সে সুম চাউনদী পোক্লত্তেয়ে।
হঙ্গৎন য়েংনীংই ইপা ইপৃদ
অসুক তোল্লম্ব্রা পুন্সী মহীং,
খোঙদগী তোনফাও মীপাল্দ তাংব
মতমগী অওনবদ মীবোল মীরোলগী
শেলন তান্দূন লৈগে ফংঙমদব
ওজান তম্নীবদ য়াওবোইদব ফিদম্লফম

হৌখ্রব পুন্সীবোলগী য়ুমশা কৈশা
কোক যাওদন চাওখৎলোন ইনবদ
কোর্ফূ কায়থোক্লগ তুন্না লেপ্লগুম
লাক্কদব, হৌখ্রব উঙমদব অশীংবসিংগুম
শেলন পুম্নমক্কী পাম্বৈনি খনবন
মীগী হৌন লোনচৎ ঙাকহৈদে
মতমগী যাওলগী চাওখৎ খোঙ্জেল্দ
মাঙ তুং যেংদুন লম্বানবদ
হৌজীক্ল কযাম খুমাঙ চাওশীল্লব
হঙৎনবু চেল্লীববা চুম্ন চেন্থবক্লীববা
খেন্নব উবগ ৱাখল শেংগৎলক্তৌদো
থুগায্ যৈখাযবদদ থৌব অঙম্ব
অকায়-অতোযগী মকমগী চৈথেঙ ৱাখঙহৈদেনে।
কমী · নবমচৎ নঙগী নীংথীমনখিবন,
মীগী মচত্ত লাই ওইখিবন
খেন্নবসে নঙোন্দদী ফাওবমদব যাইকো!
পুন্সীসে চহীন লেপ্লদী নত্তবনিন
পুন্সীগী তাক্ককসিংদ নহাগী ইহুল
নহান নহাগী হাক্কন্নবদ থৌবসে।
পোৎকী ওইব তাইবঙসিদ লুপ্পুবন
তাইবংসিদ পোক্লফমদগী লুম্ব লমদম'ম
নহাগী থৌদাংদগী হকপ ইথৌদাং'ম
উগে ঙমদে পুক্লীংন থিবদ।
নোংমদোল খেৎন চীংদোলসিংগ মাযোক্লব
ৱাংখ্রব শিনশঙ্ লোযশঙগী দলালসিংদৈ
লৈমাযদ যেংথবকপদ কোকচাওবী কাবিব
অহল অঙাংন মতীক ওইদব শেমগৎলোনসিংদো
শিব কিদব নহাগী পোখোকমক্তনি,
পুন্সী খোঙ্চত্ত চৈঙাক্ চঙ্লব
মবীল্ হাপোইনবব অহলসিংদী পাঙদ্রবনি,

অঙাংন মহৈ তানখৎলকপ নৌরিবনি,
হীরম অমত্তদ লম্বা য়াদ্রীব :
মতম খূদীংমক্ত লমজীংবীব'ম চঙলিব ।
লৈপাক্কী শকয়েং মীংশেলদ তারিবসি
মপূং ওইন নহাগী মমিনি
লৈপাক্ অমগী শক্তম লেপ্লীব,
মাগী মাগী হৌফম শাৎফমগী
অকোয়বগী ফিভমদ যূমফম থোনখ্রিব
হৌভম শাৎফম মীরাযহৈদেনে মীওয়বসে !
অদুবু কমী : থম্মোযসে কায়বে,
যেংহৈদ্রে ইপাম লমদম লমনুংশি,
হযেং কবি ওইগনি'সিগী নুংনাংলেনে ।
মীয়ামগী মীহুৎন লৈঙাক্লীব লৈপাক্লীদ
মীয়ামগী ইমা ইপানি অঙম্ব .
নঙ কবম্ব ইমুংদ থেংনখ্রবগে '?
রাবক যাম্না চেৎপ মপা-মমা
মচাবু চৈবাক পীনবগীদ শেম শাবদো
নীংথীন নাউয়োক নাউকোনবীদবগী পেন্দবন
মসিদ লৈত্রবদী ফগদবনি নীংহনব
মপাগ মচাগ শীংনবদ যাইফখিব ?
লৈপাক্সিগী নহামখৈঅঙম্বগী মফমদ
হিংচা যাইতম্ব ফত্তবমক্তগুম উখ্রে
কযাদ খুদোংথীনীংঙায মাঙনবগী লোনচৎনো ?
নখোযদ তুমথ্রগ লৈপাক্সি ইংগনি'শীবু
নহামখৈ তুম্ল হাত্তোক্লগ ফবগদোইব !
মহাম তাবব খুন্নাইদূগী চন্নফম লৈখিদরো ?
অউব অখঙব নঙনি রুমী :
তশেংন লাল্লিবসি কদায়দনো হায়যু ।
পৃথিদ কোযবি নঙগী থরায়;
থরান্ কোটিলক্ত তিনখিদরী নহাক ।

তাইবঙগী অকীব কল্লক্ য়েংথীনব
অশাওব তুক্কচব, ইকায় হঙ্গোইবন শোকঙমদ্রব
তাৎ চঙদব নুংশি চাউব নঙ
তরঙদগী থৌইঙ্গিন পীরো অচুম্বগীদমক
অদুবু অচুম্ব হায়বসিবু কবিনো ?
পুক্নীংদ লৈব মমি উথোকপদ
শক্লোন হোংহন্দব মতৌদু নত্তবনে ?
লমচৎ হায়বসিন কদায়বু খঙনবগে ?
অহীংবগী খূদম পুক্নীবোল'সিবু নত্তবনে ?
শাদ অচুম অবান লৈববো ?
মনুং মপান খাযন চৎপবো ?
ফজব, থীব, ইকাযব হঙ্গোইব ব্লাখঙববো ?
মীদ নত্তবা খেন্নব খঙলিবসি ?
অযেংবন মাযকৈ খুদীংদৈ ওমশীল্লদূন
কুম্মৈ ফম্পাক্থক্ত থৌগল তৌবিবন
অযেংববু পেলহনবগী মথৌ পাঙননব
মপানগী পুম্নমক কাউথোকপূ তম্মীনে।
ফনমক চৈথেঙ কন্দুনসু উথোক্তে,
তাইবঙ পুম্নিসিসু চাংযেং কুম্মৈনিনে,
মপূগী চাংযেং খূৎলাযনি ঐখোয
মপূগী থৌজাল ফংদব থাজহৈদব'মত্তন
তাইবঙ ফম্পাকসিদ তাইবঙ্বু পেন্ননব
অচুম্ব তাইবঙ্গী শীঙ্খা ইন্নীংদে
খঙলগসু খঙশীন্নদে, ঙম্লবসু তৌনীংদে,
ইবনাইগী অপাম্ব নুংঙাইবদ লুপ্পীংই:
অপাম্বন লমজীংলিব তাইবঙ্সিদ কমী:
অপাম্বদী ঙমখৈ নাইদবনিন ঐখোয়সে
ইশামক্কীফাও পেলহনব ঙমদ্রসিদা'ন
অতোপ্পগীদমক্তী লৈজবী ইতীং ফুদোকহৈদবনে।
অদূন, তাইবঙশীদী মপূগী খুৎশেম্নীন

মান ওইহন্নীংবদ থোক্হন ওইহনবগী
মশাগীত ব্রাখঙব থম্মোয় শেংদবসিংদী
নুংদ ওইদবদু পান্দ মালহনবগী
তাইবঙন শুমহৎনফম নঙগী মীনুংশি
মীগী মীওক্ মীচান অথূম্ব
কৈদৌনুংদ ঐগী'বু শকক থুংদবন
মহাও খঙদব পুন্সী'দো ওইবনে।
নুংসিব হাযবসিদী মপূগী মতীক মযায়নিন,
মীগী মীনুংশি মাঙদব পুন্সীবোলদী
ইপেন্দ পেনব ইযাঙদ য়াংব
অকা অকূম দোলাই তোংবগুম
তাইবঙ ফম্পাকপু লাইবৈপাক্লুম থাদোক্লীংদবনে,
তৌক খুদীং মায় পাকপ
মপূই থৌজাল মাঙদব নহাক্লীনে।
যাকাযহনবীযু নঙগী থেংনবকপ লৌশিংদৈ
কল্লু মুৎখিবদবা মীপাইবব খুন্নাইচাসিং
নুংথিলদ মঙ মঙব হৌদোকপীদুন
মপূগী মতীক শিন্নবব নঙনে
খঙনীংলিবসিংবু খঙহন্ননব নিজবিবসিংবু পীননব
শেম শাও ব্রাখঙ-ব নঙ।।

---

১ ''পৃতি কোল্লিন্দ''

অশেংব নুংশিবগী মফম্দ
মীন শেম্ব চৎনবী
চহীগী পলগী খুবৌ
ঙম্লমক মাযথীদূন লূপখ্রে।
থম্মোয় শেংন ইকায় খুম্নজবিযে

ও.. পৃতি ... কোলিন!
মীওয় মগোক্ত ভাল্লকউ
মক্তুব মীওয়বৈ মীনুংশিদ।
তাইবঙন লাইনি ইরাংনবকসনু
শ্রীমা সাবদা, বামা কৃষ্ণপবমহঙসকুম

---

২ "রবর পাখী"

অসিসু পৃক্লীং ব্রাই শংবগীবো,
উপালন থম্মোয থিনগাযবসে ?
তৌবদী মতীক মযাযসিননীনে!
মীওযব তাইবঙ খুন্থোক্লোন্দ
তৎন থানহৈদন যাওবক্লবনিনে
পৎপ তুম্ব নাইদব
চম্ম মতীক চাউবী
ববন চন্নদব লৈতবগী
অসিব্রাযদ নাবক্কী লৈবাংগুম
ইনাক্ত পঙহৌ হৌহল্লম্বসে
খঙজদব অপঙব ঐঙোন্দদীনে
যূমফম যাওদব ফুঙ্গাব্রাবীগুম্লে।।

---

৩ "ইমা"

নুমিদাং তশেংলে অহীংনিন
নীংশিংলোই তূমথোক্কে ঙমদব
অসিন অমম্বগী পূংজাদনি,

হৌজীক্তী অঙানবগী মতম্মী
অদূন য়েৎশিন্নহনগনু ইমা।
ঐদী মীগী মচানে
অতূন্বী পলেম্ম পোকপনে,
ইমা মখল্ য়াম্মীনে,
তূমদে ইমা নঙদী
লেপ্তে নঙগী খোঙচৎ
হোংদে নঙগী খোঙলৈ
তহাদে অদূবু মোন্দে
চেকশিল্লী পূক্লীং চোইদেনে!
মপূগী খুৎশেম শেংলবন
নথৌদ লাইনীং ওইবি
মীগ লম্বা যাদেনে!
মী ঐদী মোৎলি
তুখোঙ্ শেংব ঙমদবন
ইথৌবু খঙ্ঙম্ উঙম্দে
চাকথূং তান্নবদদ থৌইদো।
শিৎ-শিৎন উবি নঙ্ন
নতম্পাকথক্ত মীওযবৈ লোনচৎ,
অদুবু, ইমা, নচাদীনে,
পৃথিদগী হৌবকপনি থাজবীনব
হেন্দোক্ল লূনীং লেম্নীংই,
পূক্লীংন উজব অমোৎপমখৈ
লৈজবী ইতীংদ চামথোক্লীবনি।
খঙলি, নঙন হেন্ন
হূবানবগী মায্থোঙ্ কমদৌবগে!
হূবানবন মপূবু কিববা?
খঙদব হৈতববু তম্নব
হং-থিদুন লেপ্তন হোৎনবিব
মশাবু তেঙবাঙজবিব তন্দবশিংগী

লেঙদব থৌজালগী মপূ
তাইবঙ লৈশেম নোংশেম্বন
পাম্বীবু ওম্নমক্ কখোকহৈবগী
লোম্বোক্তে চত্তে হায়দূনসু
হিংনবগীদমক মচাক্ ব্লাৎহন্দ্রীব,
অযোকপ শাগী লাইবক্ত
অফ -ফত্ত খনহৈদ্রসু
অফওব থৎলগ চাবিমখৈ
চীঙাক্কী মশক্ত ওইহন্দূন
চাহৈদবগী শি নাহৈদ্রিবগুম
মীদী শুদন হিংহৈদবগী,
খুৎলায ওইহল্লিব লোল্
অপাম্ব তান্ননব খোঙ্-খুৎ
মবোম্দোম্ যোকচনব পাঙ্গল-লৌশিং
মপূগী খূৎশেম ব্রাখওদন
তাইবঙ থম্মোয লাইযুম খূদীংদৈ
হুবান্ চীম্পীবগ হিংনীংলিব
থম্মোয শেংদব লৌনম্বগী
মপূদ লঙ্জবগী অবানবন
ইচীংদ চীংনগনব শক্তম্
খূজী যাওদব শগোল্গুম
পূক্লীং নৈতাদবগী মাযথোঙ
থীসু থীনে হুবান্ চীম্পী,
নক্লক খূদীং থীহল্লী
মীন মীবু থাজহন্দে।
তাকপীয়ু খঙনীংলিব ঐঙোন্দ
নতম্পাক্লীদ নৈশেমঙৈদগী থেংনবক্লব
মীবোল্ মীবোল্গী মথৌদাংশিং
শম্নকবমখৈন পেঞ্জখিবখৈদ খনগৎলগ
থম্মোয় লাইযুমদ চূহল্লু,

অফব নীংথীবতুদ তমজনব ।
থৌনা ফব লৌশিংবনি
লেম্ন ম্নাংন থাঙ্গৎলিব
ঙশিগী মালেমদ লময়াম্লীব
মতম অমগী লল্লোনবশিং
দটচ গ্রীক পর্টুগীজ
স্পেনিযার্ড বৃটিশ ফ্রেঞ্চ
জর্ম্মণ অমেবিকান বোমানসিংন
পীক্লব ঈথৎ লৈপাকসিংদ,
খঙলিবনি ঈম্না নঙদী
কবি তৌবম্ব মখোয়ন,
মখোযগী মথৌনাদূ ঙকইনে,
মফম মফম্ন পূব
তোপ-তোপ্প অঙ্গং অশাগী
লাপ্নখ্রব লমিৎ তুমিকী
মীগী পুক্নী মহীংসিংন
পলহনখিদে মখোযগী থৌশীলসিংদ,
ঈপাক -ঈবৈ কযা লান্ন
থুংলুব খূদীংদ মযুমগুম্
অহানবদদী মীনৌ লম্লানবনি,
মফিমকসু অমদগী হেন্দন
কযাদ লায্ব তোন্ন
লল্লোন-শেল শিকি পক্তন
মবমগী পোখোক নম্নোদূগ
লোন্দীন্নদবগী খুরৌ নমহত্তুন
অনীংব থৌদা পাঙবদ
কয়াদ লায্ন মায়োক্লখিব !
যূমদাংবদৈ কৈ নাইদুন
নোংম নোংমৈ খোপচীল্লক
অথৌবন অচূম্ব শত্রূ ন

লম্লোনব চরী চৎপশিংন
ওইবকখিবদো ঙম্নমক্ মীবম্দ
চুম্নত শেন্দানব নত্তদূন
লৈপাক অমগী হৌন কাঙ্লোন্দ
তাইশিন্নব ঙমদনব শীংচেপ,
লোইলম মপূগী হিদান্নবশিং,
মীগী লৈঙাক্লোনগী খূর্জী পায়বগ
মবৈবাক্কী মীংচৎ - উবোং শকপসিং,
ওক্ক নীলখৈ নীল্লগনে,
লমহুইন মনা লৌবদূগুম
অতনবৈ মচৎতী নত্তবন
পূক্নীং মায়ওন হোংদন
লেপ্তুন অনম কন্নবু হোৎনববদ
নিবিমখৈ খাক্তন পীব
চঙজবক্লব'মত্ত ওত্তন তোক্তব
মপূ মাদী ঙাওবনিনে!
হুবানববু হুবানবদ মাযপাকহনবনে
তৌবতবু ৱাযেন্দী চুম্ব
মপোৎ ফাবগ পোলোযদ
অবানব তৌরুবগী খূথীহনবগুম
অশিংব তন্দবশিংনি হাযবগসুনে
খুনু মখোঙ্দ শম্লাঙগুম্
মীগী মকাদ লঙজববু
ফনমক মবল লৈদূনসু
কনাবু লৈতান পানবগেনে ?
পাঙদবশিংন তক্লীত শোল্লবসু
মবীল খাবনদী হল্লক্নি,
অঙম্ অবায্ থিবোই
মনাৎন মকনি খঙ্ঙম্বন
মোঙ্গোলোইড্ চাইনীজ, জপানীজসিং

মখোয়গী লৌনম্লাংদগী নাম্বোক্লুন
হেন্নদুম লৌ তমহৌদূন
মালেমদ মীকোক্ খোংলকখিনে,
আফ্রিকাগী অমূব ফূরুপসিংবু
মীনাই মপোৎ ওম্বোক্লুন
অঙৌবন তুহৎ-নৈহৎপদ
মশোঙ ফঙ্গৎলক্লোইদবোই খল্লম্বদো
মবৈবাক্কীদমক শিব কিবকখিদে,
আফ্রিকা মনীং তম্লকখিনে!
অসিবু থাজরম্রুনে ইমা?
অদূন ঐদি যানিংদেযে,
লাইবক্তদ তাইনব পাঙদবশিংন
অওযব তৌবদ নামূংলব
লয-লম সুপ্পমগী ৱায়েনদ
ফংফম থোকপ খুৎশুমলগী ৱাকৎপদ
খঙন খঙন লৌনম্বীবিব
অঙম্বগী মোইথেমদ থাজদুন
মথৌ হুন্দোক্লুন তান্নবিব
পেন্দবগী নীংঙমদব খোম্বোক্ত
"ঙসিদি লাইবক চুমদে
ঙসিদি লাইবক চুমদে"
কনান কৈদৌবীবগ চুন্নক্কদৌইব
কনান শেন্ন লাইবক্লো?
হুমাংমল মহৈ ফংহন্দীবসি কবিননো?
লাল্লিবসি কনানো ইমা?
পীদোনববু তুহৎপসি হৌনশাবো?
হুবানবন মপূদৈ চাউববনে?
অসিবু তাইবঙগী লোনচৎলো?
যাম্ন খঙনীংই ইমা,
মীনসু লাইনসু যাব

ইশাদ কান্নরিবগী মতীক থোক্ল
মীঙোন্দসু কায়্দব ইথৌ,
অহল্ন অঙাংদ হায়্-
'নথৌ তৌ অঙাং'
অঙাংদূন তৌগদবন তৌবমদ
অহল গী থবক্ত মীতাবিঙৈদনি,
অওক্প অহলগী মফমদ
অঙাংন হৌন লোনচৎ তম্ব
মহৈদ খোয়জঙবদু মথৌনি
অহল শুনীংদব অকাম্বন
অপাম্বগী খূৎলায ওইনদূন
পাখোন্-ওকপসি অঙাংগী মথৌনি
অদূদী, ইথৌ'সি কৈদৌববুনোনে ?
মীন মীগী মতীংদ
মবোমদোম লেপচ থাকচদুন
মীগ মীগ ৱাখঙনন
থক্লি খাসী ঙাক্লন
অঙম অঙম তেঙবাঙন
অৱা নুংঙাই লোকমিন্ন
নুংশি চান্ন হিংমিন্নবদু নৎত্রনে ?
অপাম্বন চৎনবিব তাইবঙ্সিদ
পুন্সীগী চিবব পুংজা'মদ
পাম্বে খঙদব কনান
ঐন থেংনবকপ লৌশিংদৈ
মতেঙ ওইননীংন নিববদ
ঐগীন মকনে'ন থৌশাদবদী
তাইবঙদ ইথৌ ৱাখঙদবনি,
অশোনবন অকনবদ ঙানীংব
হৈতবন অহৈবদগী তম্নীংব
মীন মীগুম হিংনীংব

নক্ক শম্মবগী নুংঙাইজব
থৱায় পানবগী লোনচৎসিদ
মালেমসিদী মীন পানবনিন
অকনব্ অহৈব ওইনীংব
তশেংন মতীক্কী লৈতবসিংন
ওজা শাদূন ৱারকপগী
চৈনা চৈখোল্‌ন নিল্লে
তাইওন্নহল্লে ভসিগী তাইবঙপানসে,
চন্নদব তেঙ্‌বাঙবু শীংথানৈ
অহৈ অপা শাব,
হেঞ্জীন্ন খঙশীন উশীনব,
অচৎ চত্তগী ইমা মালেমদ
মীগী মথৌদী তোঙাল্লিনে!
পোত্ত ঙাওব মীওযবনে,
হকচাং কুপ্পবখক্কী শেৎনীংব
হিংনবখক্কী চাব পাম্ব
মরেক মহাওগী লল্
মীৎকী লৈতেংদ লুপ্পীংদব
লূন চম্ম হিংনীংব
মথন্ত নাইতোম চৎনীংবদী
লাইগী খুদাদ ফম্লগসু
মীগী মচৎ লাইওযবগীদমক,
মীপাললাংগী পোৎকী তাইবঙপান্দদী
মীগী মচৎনি শীংথানদ্রীব,
মীগ মীগ পানমীন্নফম
পোৎকী চন্নফম তাইবঙশিদ
তাইবঙ পুন্সীগী পোৎচঙমখৈ
অমত্তগী মপাঙ্গলদৈ পুথোকঙমদবন
হৈজ লৈজব পীনদূন
অমন অমবু ঙাক্লবগ

যূম্বান মপূং ফাবিসিদ
মীন মীদ ইকায্ থুম্নদ্রব
ৱাহঙ্লোক লৈতব ফিজেত্ত
মবম চাদব চাকচাদ
ইন্দ্রীযগী নীংতম্বা হাকমন্ন
শা যেনগী থৌদৌ লীচৎন
লমজাওদ মনাৎশক্তাকপগুম
মীন মকা ফোংলকপদ
অচৎ অওক্ত মোৎহন চূহনবদ
মীন মীবু ৱাবক্লদ্রব
তাইবঙদ মথৌ ৱাখঙদবনি
হিংমিন্নবগী ৱাহঙ্লোক লৈত্রবনি,
মীগী থাক্ত লেপত্রবনি.
ওকখিদ্রব মীগী পূক্লীর্গনি
মীন মশাবু ৱাবকচদ্রীঙৈ
মীবুদী ফৌ তক্লবদু
শবীন মমা নোক্লবগুম
লমচৎকী হৌন খঙদ্রবনি,
থবায পানবগী লোনচৎসে,
শক্লোন যাম্বী ইমা .
নঙগী শির্গল নাউবীদগী হৌবকপনি ।
ইথৌগীবু অকক্লব লৈববা '?
নীং-মাঙ, খা-ৱাং, তোঙানবনি
লৈমাযদ নেৎলিব খোঙ্যাগ
থবাক্ক মৈশা মান্নৌ'ব
ইমা নঙন থৌশীন্দে,
শাভম থোকপন শানি
ঈংগদব মফম্ন ইঙনী
হকচাংগী হকচাং অমত্তদ
মচাক পূনব যাদে

শাবব অশৌব ঈশিংন
খোঙদ হীগাদী যৈগদ্রদূন
কোক্ত থোম্লবদী মীদু ঙাওরনিয়ে,
খনাওদ হৈজীল্লগন মপূক চাকথোক্লনি
হৌনবোলবু ফাগি য়াববনে ?
ইমা মালেম নুংশিববী
নচাগী থম্মোযগী পাউদমসে
নঙগী খূদুং ইঞ্জবগী
ফংজবকপ লৌশিংগী মচেত্তুদৈ
হৌজীক'ব পূংফমসিদ ফাওবকপদুনি
পেন্দবন নফমদ ওইনবনি,
ইথন্নত লাকখি ঐ
পলেমগী পীবুক্লুংদ মিতমদুন
নঙগী ফম্পাক মালেমসিদ
মপূগী চাংযেং চথনব
পূক্লীংখক্ল ইখূৎশু ওইদূন
ঙসিসু, অশেংব ইবল অসিখক্তনি
চেক্ত চেক্সীল্লক্লব মতমদ,
অহ ! ঐদি মীচম্লে :
হযেংগী ৱাদী মপূগীনিন
হৌজীক'সিদ ঐ'সিগী নাচঙনীংই,
কবিগীদমক, কদাযদ কৈদৌগদব,
মপূন ইফমদগী উনীংবদু ।
শেলন মমায চুম্ব মিপানলাংসিদ
মপূগী খূদোল্ যেম্ভোক্তন
পৈশিন খোমজীনবদদ ঙাওব
শেলবু মথৌ তৌহন্দব
হযেংগী মীংচৎকীদমকখক্ খূথাব
মপূন অৱাফমদ লংশিল্লীসিংদ
হৌজীক'সিগী মীনুংশি উৎঙমদব

লেপ্পাযদব মতম্মু ব্রাখঙদবসিংদৈ
থৈদোক্তুন লাপ্প লৈনিংই,
অবৈব ওইবে ঐসে
হৌজীক্সীদ মপূন শিন্নবীবগী
মপূগী চাংযেংদী লেপ্তনে,
ঙামী খুঞ্জা লায্‌ববসিং
সমুদ্র খোঙবান্‌গী খাংপোক্‌সিংদ
ঙম্নমক্‌ হিংথৎ থদৎপীখ্রে
তমথীখ্রব নোংলৈ নুংশিৎ'মদ
তঙ্খায শিবব হিংহৌবিবসিংগীসু
অমত্ত থম্বীবমদন থুদেকপীখ্রে
উচেক্লুম যুমলীং খুম্লীংহন্দ্রে
মখোযবু তশেংন তোনহনখ্রে
তাইবঙদগী তেঙবাঙ্‌ নিবি
অপীব ওইনীংই পুংফমসিদ,
লোম্ব নাইব খূদোলসে
থব্রায্‌ কন্নবদ লোম্‌হন্নীংই
কবিন মীদী হুমাংমল্‌ন হিংগদবনে
অতোং-অবেম্ব হাক্ল পামহৈদে
অবেম্ব পূঙ্গি ওইদনব।
মীন চৎলিব লম্বীদ
মীবু মশক তাকপনি
তানশিন পৈশিনবদদ খোযজঙব
মযূম হিঙ্গোল লৌকোল
লনগৈন নোংমদোল খেৎলগ
থোঙ্গাল ব্রাংমদন শল্লম্‌গুম
শেমগৎলোন যাওদব খুম্হোকঙৈগুম
লৈথী লৈনাঙ কোঙ্গুৎমক্ত
লৈবাক্কী শেমগৎপ যাওদন
ঐখক্কী চাওখৎলগ যাদেনে,

লম্বী চৎচবোই হাযঙম্ববা ?
ইথন্নত হিংহৈদব তাইবঙপান্দ
অপূনবগী শেমগৎপন মাঙওযনবগ
ঐগী হাযবন তুং ওইনববতদ
নুংঙাইব মপূং ফাবনে
পুন্সীগী মহাও হেঙ্গৎপনে
হকথেঙনবিব খূদীংন খঙনবনি
তাইবঙ যুম্বাল্লোনসে লুইনে ইমা !
শিৎ-শিৎন উবি নঙন
নুংশিদন নুংশি শাশিন্নব
অফ তৌদন তৌশিন্নব
শোগ্রে লানথ্রে মবাল যানিংদব
খূৎন অম তৌখ্রগ
চীন্দন অম তম্ব
থেংনবকপ লৌশিংদগী তাক্লকপনি
লীচৎকী মহৈ লোকহন্দব
কনাসু লৈতে তাইবঙসিদ
ব্রাযেন্দ ফাগী যাদব
লানব নাইদব মপূনি
লঙজবকপবু লেম্ন থাদব ।
অহ ! পৃথী ইমা !
মপূগী মতীক চেনবী
নঙন মকনিনে পুম্নমক্তগী
অফবতন যোম্লব নবমচৎ
তৌশিন শাশিন্নদবগী কৈদৌনুং
ইকন্দ লূবব মতীক্ত
মীন নঙগুম্নদী ফনীং
ফনবদী হোৎনিং চৎনীংদন
অফবৈ মনাদী লৌনীংবন
মাঙলমচত্ত শোযখি কাযখিবগী

হৌজীক্কীন ইবন্নাইগীত নীল্লীববু
নুংদ ফত্তবন ওন্নগসু
পান্দন অফ শানবদ
পুঙ্গীগী তেনখ্রব মীৎকুপসিদ
শোযদব কাযদবনি থাজননবৈ
মীবু চমথোক্ল মেন্নবিঙে
তৌগদব ইথৌন হন্দোক্লম
পুঙ্গীগী পাঙ্গলন লোইথোকখি
অপঙ থৌনাদ থৌশিংপন
নীংঙমদ চাক্ল পীখম্লদোইব'
তাইবঙদ কখোকপদন মশিঙ্খাংদ
লৌ যাওদব উপালন
মহৈত পীব মপোক্কীদমক
অমোৎপ পক্তব ফিদমদ
লোকচ শম্নজবিব হৈপৃন
তাইবঙবু পেলহনবীব উহৈনি'ন
অফবগীদমক মপৃদ কৎচবিব
লৌনম চঙদব পুঙ্গীন
কযামৃক চম্ল নীংথীব
অউবন মীনুংশি লোৎঙমদ্রীব
পৃমকেম কেম্লফাও কখোক্লকৈম্নে।
তাৎক অশেংবগগী খেন্নব
কযাদ খেন্নখ্রব থাক্লো'
থম্মোয শেংবগী নুংঙাইব
পুঙ্গীগী লেঙদব মনুংঙাই
তাৎন নুংঙাইবন পৃংজা'মখক্কী
হৈখিবগ নুংনাংবন তুংইন্নব
চিংনবন লাঙ্গোয চন'
অচম্বসিংগীন কযাদ যাংব
ইঙানত ঙানব ব্রাখল-মীৎযেং

তাইবঙ হকচাং লাইশঙনুংদৈ
হক্লব পুন্সীগী লাইব্রা
লৌ নৈতবসিংগী মায়থোঙদ ফূদোকপনি
কৈদৌনুংদ লম্বেল ঙাওদব
মপূন লমজীংবীব পন্সীবোলদ
খূদং ইন্নীংদব ফনা যাওদবনি,
অতৎ অখম নাইদব
মীবেল মীরোলগী পুন্সীবোল
হেন্দোক্ল লূব, মোৎপ
কনাগীন হকপ, যাংব
মীওয়ব খুছোকঙৈদ চৎলক্লীব
নতম্পাক্কী যূম্বাল্লোন্ লীক্লম্‌সিং
নতম্পাক্সী মীন পানবনি
শোয়দন লৈতাহন্নীংবদী নহৌশানি,
তবঙ্গী থব্রান কোটি কোটি
মপূগী খুৎশেম্ন ঙাল্লিশিংদৈ
থোইহেনবী অচঙবীদী ইমাতনি
তাইবঙগী নঙগুম্ন তোমথিন্নব
যাওবি মীওয কোটিলক্ত
থোইন হৈশিংব তন্দব
থব্রান খোঙ্গুল লীংঙম্ব
ইমাগী অশুপ্ল ব্রাখঙব
তবঙগী অঙকপসিংগ চীল্লোক্লবৈ
মীৎকূপ'মগী তৌগদব খঙঙম্ব
অমম থাজনবী নমথেক্তুন
লৌশিংগী নুংঙাই চাবা লিংঙম্ব
মীগী খূৎশেম লাইওইব
অমম্বগী মঙাল পীবসিং।
নতম্পাক মপূগী চাংযেংশঙসে
খেন্নব তাইবঙগীদি শাফোঙফমনে,

হকচাং মান্নরবসু মীওযবগী
য়েংউ ব্রাখলন তাম্নবসে
য়েঞ্জাণ্ডদা ফদীগোম থাকহৌদবদ
যাওবি চফ্ কাযনব
শেৎপ চাবগীদ লাইনীংনব
খাবৈ চেগপ্ত পান্ননীংব
মপৃগী খৃৎশেম নাচঙদবসিং
খঙলিনি ইমা নঙ।
অতৃপ্নী ঐগী পলেমগী
শীওম্নুং অমত্তদগী হৌবকখিব
অপোকপীগী মচা শঙপাযনুংদ
কযামুক লাপ্লব পুন্সীবোলন !
মীঙমদবন অহোব যুম্বাল্লোন্দ
শুন শুন হোজিল্লকই
চবা অনী মেন থুংদে
ঐগী ঐগী হাক্কন্নবদ
খঙন খঙন শৌগৎনদে
অপাম্বগী লেপ্লাইদব ইথীলন
চন্নফমগী অপেনব নৈতবগী
অবৈবসু মবীগী ব্রাখঙদে,
লোন্দীন্নদব চেক্লাগুম যেক্লনৈ,
অশিব মচানি কাউনৈনে !
কবিগী অচান মীবান্নো ?
ফৃদোক্লীংদ্রীব পাঙ্গল লল্
তাঙ্গীবিব ইবন্নাই তুংগী
ব্রাখঙনবিবা ঐগী হাযবদমক
শকখঙদববু খেঙ্গান্দগীলাক্লীব
যুম্বৃগী হুই চীক্কনবীগুম
পঙ্খে হেন্দোক্তূনব কোন্সিন্নবিব
ঙাইহাক লমদল্লীগৈ নতম্পাক্লীদ

অহীংবগী থৌদাংসিবু লল-পৈশিন্নবগুম
অসিগী হাক্কন্নবদ যেক্লনবিব
মপূন তাইবঙবু লৈশেন্নকপদন
কনাবুসু কবিগসু লোয়নহন্দ
তনৌবব নুংশিবগী শকতমদ
ইথন্নত কোগোক্ল থাবকখিব
হনখিবগীসু নাইতোম কোগোক্ল
লীচৎকী মহৈদমক থন্নমদোইব !
মৃৎনাই কংনাইববোইদবগুম মসিদৈদ
মীবৈবাক মীতোপ মীবান খাযন
তান্ন তান্ন লাক্লবিব
মপূ নীংব মালহল্লিব
নোক্লীংদবা ইমা নঙবু !
কবম্ব মীবোলগী লানঙম্বন
নঙবু ফুক্লন পুঙমখিববা ?
হে ! নুংশিবগী লাংওন পুবী,
তাইবঙগী যাইগী তৃংনফম ·
নুংশি থোইবী শিদযাই ·
মীন তম্নলাইগী শক্লোন্দ
নঙগী নযায কমহনবদ
মীনদী লীক্তুন হিংহৌগদবনে ?
পাম্মৃজে নুংশিজে মাঙহঞ্জন্নীংদে
নহাকথক্কীদমক হিংজগে, শিজগে
থম্মোয লাইযুমদ শোঞ্জে
মপূগী মীনুংসি যোকচনীংই।
মীওযবগী থম্মোয পাল্লবন
অপাম নুংশিবসু যোক্লীংই
পুক্সীগী পোৎলুম্ন মতোযন লূমথবক্লব
মপূ মাদী খঙশিন্নবোই
লৈজবী ইতীং ফুদোক্লীফাওব

ওহ্ ! মপৃ, অসিফাওবদী হোৎনবনিকো !
পৃংফমদু যৌদ্রিঙৈ চৈবক্ত
শক্লাই মীংনাইব নুংওনবগী
নুংশি মিবেল্ন তেক্খৎহন্নি
থৌনাগী ইফৃৎনিনে নুংশিব !
হিংবগী মহাও লৌফম্লে ।
মপৃ মাদি অথুপ্পনি
নীংশিংলগ নোক্কে ঙমদব
তাইবঙগী পোৎক শম্লদবনি,
মীন মপৃক্লীং ব্লাবকঙমদ্রগ
নুংশিব মহাক্কীদমক ঙাওনবিব
শেম্বীব মপৃবুন ব্লাখঙদ্রীব
ব্লাখল মীৎযেং থেন্মন্বনি
নুংশিবগী অচেৎপ থম্মোযদ
কৈদৌনুংদ ঙাওনবৈ মবম লৈতবনি
নুংশিববুসু শেম্বীব মপৃদী
মক্ত্রব নুংশিববু খঙহনবনি
নুংশিব অনীখক্কী লীপৃন্ন
তাইবঙপানসে ওইব যাদে'সি,
মীগ হিংলিমখৈ তৎনবোইদব
অকোযবগী লেঙ্লি পাল্লিসিংবু
নুংশিন যোক্লীং শেন্নীংবনি
পাম্মৃবোই তাথীগে ঙমদবগী
অকোযবগ মবী ফনবন
নুংশিব অমগী নুংওনবন
মীন মীবু থাজনদৃন
যেক্লবম্বন মরুপ ওইবকপনি ।।
অদৃবু, ইমা কবিননো,
নঙবু পু-থাংব ঙম্লীববা ?
মী ওইববু হঙ্গোইবক্লেদা !

মতমগী যাওল্সে কিজবক্লেনে,
নঙগী য়াওলদী অহিংবগীদমক্লী
নথৌ হেক লেপ্লদ
ঐখোযদী তবঙদ কেনখ্রদব
মীগী য়াওলসিদী তমথীখ্রেনে।
পূক্লীংনি মসিগী মরুন
মসিমক যাওদ্রবসু হিংঙমদব
অওনবদী নঙোন্দে হৌবকপনিনা,
শহুম কন্মন্ব থীমনবে ব্রানে
মাযওন কায়বকপৈ মনীলদুইনে
অপাম মীহৌবসিসু হৌনশানি
অপাম্বন চৎলিব তাইবঙনি,
অদূবু যাম্ন হেক লৃশীল্লক্তবদো।
অপাম্বগী মশীনগী মহৈদ
য়াম্ন হেক থৌগৎলকপদৃইনি
মীন মীদগী মীকানবদ,
ঙমখ্রে, ঙমখ্রে ইমা।
মসিদগী হেন্দোকপ মহৈ'ম
থেংনবক্লী থাজব লৈবক্তবে
লৌগী পশ্থে লাল্লমাল্লেনে।
মীগী পাঙ্গল লৌশিং
মীংচৎফাওব হৃদূন লৌনবেনে।
মীন মীদগী ঙম্নবসে।
অঙম অঙম চানবসিবুবা
অব্রাংব থাক্লী মহৈ'দো '?
ময়াম পোকপদা অমদি য়াওই'ন
হাযনব অমদি লৈকো।
শুদনা মনা লৌনবী
অকনবন অচূম্বনি লেপ্লবসিদ
যাওবিবনি তীলগুম্ন চন্ব

য়াওল্গ চুংশীন্নব ঙমদ্রব
লৌনম্বীগী চৈথেঙত নংলিব
খাঙ্হে পুহৈদন শোক্লবশিং,
অদূবু, হে ইমা, যাইপুবী .
নঙোন্দদী কৈশু নত্তেনে চৈথেঙসে!
নশান মপৃং ফাজববগী
মীওইবগী কবাম্ব খৃৎন
নতম্পাক্নীদ থোকহন্নীদন থোকহল্লীবসিং
হাকমল্লব অহেনব থৌওঙমক্তনি,
কবিসু ৱাৎত্রবনি নঙগীদমক্
মৈগী চীংন লুমহল্লিব
উপালন পুক্লীং ইংহল্লীব
নঙগী খোঙচৎ কাযদবগী
নুমিৎন মঙাল যেল্লিব
উন্ন, ঈশিং, নুংশিৎন
নঙগী ফিভম ঙাক্লীব
মহৌশাগী চানবব খলসিদ
নতীক্ক লম্বানবগী মতৌদ
নফমদ চন্নদ্রব পোৎলূমগী,
থাওদগী থাদোবকপ মৈখূন,
খোঙনূং চাকহনবগী মনীলন,
ন্যক্লিযাব বোম্গী শাফূন
লাইথুং পূম্বন নুংহীক্লববসু
তাইবঙবুদী মহৌশাগুম নাউকোল্লিব,
চহি চহুম পুন্সীঙম্ব
পুকতল্লী থেঙ্গুগী ফিদম ইমা।
মিপাইবোই ঙমদেনে নঙগীদমক!
নঙতনি তাইবঙগী কাযদোঙফম
হিংজনীংই অতৎ-অখম নাইদন
নতম্পাক্লীদ তাইবঙ ওইন

তবঙগী থব্রানগুম পুন্সীহন্নীংই
তূমীন্ন লৈথোকফদে ইমা
করাম্ব নচাসিংসে ওক্ত্রীফাওব
অকনব যুহাব লেপ্লোইদবনি
তমথিগ্রব নুংশিৎ শিংকদবনি
লম্মৈন খুন্তাক লানসিহনগদবনি
হাকমন্ন শামন কেম্মনবগী,
অদুবু, ইমা লুবিবদি
শুগন্ব লায়্ববত নম্ন খৃথীবি
নঙগী চৈথেঙ্বু মাযোক্লেনে !
অতোনবগী মীচঙ লৈহন্দবসে
য়াওন্দ খৃমাঙ চাওশীনমনবৈবনে ?
খঙই ইমা নঙন,
তাইবঙন নতম্পাক্ত মোৎশিনবদ
মপৃগী থৌদাগী খোঙথাঙ্লিঙৈ
নশাগী হাযব ব্রাখঙদবদ
তাইবঙ থব্রায্ হাপ্নব
কুমগী নোংজুন চামথোক্লীব
মপূন ব্রাখঙন থৌশীন্বনি,
শালক্তগী অব্রাঙ্ব মীদী
শাগী মতৌ লৃদবমখৈ
ব্রাখলগী পাঙ্গলন লাক্সীনবগী
অবেম্লমখৈত খনগৎলগ পানবগী
পুক্লীং মবা তপ্লবনি,
পুক্লিংবু খীত্তং থৌশাহৌদবদ
শাবম্চৎন হেক্ত কাখৎলকপগী
লীচত্ত হিংচা-যাইতম্লকপনি
মথোঙ হুকখিদ্রব পুক্লীংনি
নুংশিন থেমদুন লোযনবীবগন
লাইগুম্ন শেংন ফব

খণ্ডণ্ডমওইণ্ডমদব নৈতব
মিংচৎ খণ্ডদে শা-ন
মিংচৎ পান্নে মী-ন
অদৃগ তান্নরিমখৈসু লাপথোকখি;
শেলতবু লাইনীংব লল্লেব-ন
মিংচৎ ফংনব নীলবদ
অশোনব পীদোনব লাযববশিং
ফিজেৎ থোনবীগে কৌবগী
নৈত লায়ব লিশিংন
ফিজোল মপুল'মদ থোমজীল্লকপদ
থুংহৌনব তান্নবদ নেৎশিন্নদূন
নৈতবন ফিথুংদব মেন্নব্রা'বু
অবেম্বদ থব্রায় মাঙহনবদৃগুম
মীগী অব্রাব ব্রাখঙলিনি'ন,
মশাগী হ্মাংদী তানীংদন
মযৃমদগী শাইজিন্ শত্তোক্তূন
মীগী মৈহুম্ ওইহল্লবদী
ইমুং মহী লাঙনবনে,
শেল্‌ন মমায় চুন্নীব
তাইবঙগী ব্রাযেনগী ওন্নবদ
মপৃনদী নুংদগী ব্রায়েল্লি,
মিংচৎ নৎত্রগা নৈখা তাব
পূক্লীং লীচৎকী মনানি,
মপৃগী থৌশিল যাওদন
ওইথোকপ নৈতে অপাম্ব'ম,
অদূন ইমা অবেম্বনিদা!
মীন হৈনব নৈহাওশিদ
ঐগী ঐগী খোপচীন্নবগী
মুন্নব কাওনবগী লাম্বেংদ
লালনংলিবা মবক্কী মীচমসিং

ইমা নঙন লৈরিমখৈ
মপূ মাগী থৌশীলন
মুৎলবোইদব মীগী মিংচৎনে।
অহ! ইমা মালেম!
তাইবঙ লোনচৎকী মবমদবু
নঙোন্দ হকথেঙনদব লৈবিববো?
ফংলবনি ঐসু মীনুংশি
মীওইবন মীওয়ববু ঝাখঙ্গনবৈ,
কয়াবক উশু উববনি
মীবু অব্রাফমদগী কন্নবদূ,
মাঙহন্নবগী মবমদসু তাবে
মসিমন লাযত্র থুগ্রব
অনিমক্কী খেন্নবিবমকসু খঙলে।
মী কন্নব ইহুলদ
য়াওবি খূদম্ অম
মপূগী চাংযেং মাযপাকপগী
অউব খূদীংন ইকায খুম্মনীংহনবদো!
অচাকপ মৈনুংদ চোংশিন্দুন
চেহ্লোকপ নঙহৌদবসিংবু কল্লুবিব
ঈবৈন চেহুগ্রব মীওযবুসু
কন্নিংবগী ইহুলন নমহৎখিদুন
ফিভম খঙদ চোংথখিবদ
ঈবৈন লাকহত্তুন পীখম্নবিব
ওইজব পক্তবমীনুংশিদ
মথ্বাযগী কবিসু নাচুংবীদ
ঐগী হায়বন তুংওইনবগ
মীবু য়াইফহনবন মাঙওয়নব
পোক্লবদি শিগদব মবৈবব
অকোন অহানগী পুক্নীসিদ
মীন শিবগী মবম্ভু

মী কন্নবদ ওইহনবদূ
কয়াদ ৱাংথ্রব মীশিনে!
কয়াদসু কনথ্রব থৌইদ্লিন্নো ?
অশিববু য়াম্ন খৌবাংবৈবা ?
তাইবঙগী নুংঙাইবা লোক্লীংদববা ?
অপাম নুংওনব শেৎনবৈবা ?
নত্তে, অমত্ত নত্তে,
থৱায়ন থৱাযবু ৱাখঙবৈনি।
মহাকসু মীনি অপাম্ব লৈব
কৈদৌনুংদসু লম্মখাঙদ পীখম্লনীংদব!
মপূগী মীনুংশিন থাবিব
মীওই মপোক্কী ফিদাসে
ফমফম চান ফম্লম্বনি।
অদূন ইমা নচাদীনে
অফিং অফায়গী খুদোংথীবদগী
কনবন তোপন থম্লগ
মীন মীবু ৱাখঙনবদ
অতোপ্পবু তেঙবাঙবগী মনীংলব,
অমোৎপ লীচত্তগী চুমথোকপীনীংলব
পূক্রিং হোংউ'ন থৌইদ্লিনব
থোক্লককফম লম্বেলদী য়াৎপীদব
চীনখক্তন খূথাবদী য়ানিংদেযে,
ওক্ত শঙদা যাবেক্লীব মীওয়দূদ
অপাম নুংওনফদে পাউতাকপদু
মনাদ চঙলমগদ্রনে ইমা ?
কনথ্রব অপাইব নোংলৈন'মদ
তাইবঙপানসে নোংলৈন হূমদোকথ্রবগুম
মিপাইবন থৱায় মাঙদৌবব
শহুমদুগী ৱাংমদৈ অউবন
পূক্লীং ফাথনবা লাউববু

মায়োক্লবিবদৃগী অকিব কোক্লমগদ্রা ?
নোংজুন মথোয় হাপ্লীব
ইংথমগী ঈংথ্রব অহীংদৃদ
যৃম্বুন থৌশাবীদব যৃমশাশিং
হঙ্গৎ হন্দা কোক কোক
উনশাতন যোল্লব শক পোলাংদৃগ
অমম্বগী তম্ললাইগুম চৎলিব
মকোন্দ লুম্লীংদবগীদী ওইবল্লোইযে,
মীন পঙদ পঙমল্লবদ
শাদ খৃদম পীনবিবনি ।
শান মীওযবদ কান্নহনবসে
শীংথাবদ মমল্ নাইদবনি
মথোম্ন হাউবব চীঙ্গাক্লি,
মহৈ মবোং চৃমহল্লিব মথীনি
মৈশাগীদমকসু শীং ওইনবী ।
লুম্লব মতু ককথৎপীদুন
শামতৃগী ফীঝোল শেৎনবি
অসিদগী পেল্লক্ত্রদৃন মউন্ শেৎলি,
শউনগী খোঙউপ তোংনবি,
শদৃম কক্তুন চানবি,
মচীন শমজেৎ হাৎনবি,
কনা লৈতে তাইবঙসিদ
শাগী মকম থৃপহৈদব
অসিমক্তদ মীনুংশি পীঙমদ্রীব
মশাগী কান্নবখঙ্কীদ ব্রাখঙ্ব
শেম্বীব মপৃদ লঙজবনি,
মচাগী খযাত্ত তুম্নব
ব্রাযখৃন মচা কোকপগুম্বনি ।
তশেংনমক্ লৃদ কবাম্ব
হাক্ল ব্রাখঙখিদ্রব লোনচৎনি,

মপৃ মাগী খুৎশেমদবু
অহিংবমত্ত চীঞ্জাক তিন্নব্রা ?
শালক্ত শাহিংত হৈনবশিংদী
অথোঙব চাহৈব মীওয়বন
শাদৃমগীদমক অঙম্ তান্নবকপদ
নীংথিন হিংঙমখিদ্রা শাশিংদু ?
ঙান ওকমল্লবনে মীগীদমক,
অতোপ্পগী মনাৎত য়েৎশিন্নীংবদ
মীগী লম্বা লৈত্রশিদবু
অহিংবগী লৈতাফম খাক্লীববা ?
তাইবংগী তম্নীমখৈ লোইনাইদ্রবা
অঙকপ মপৃগী চাংযেশঙ্দ
শালক্তগী তোপ তোপ্প মীওযবন
চীঞ্জাক্ত ঙাওদুন লৈবগদি
মশান মহৈদ হামচৎনবনি
পুন্সীবোলদো খঙদবন ওযওযনবদব ।
চুমদব কাঙলোনগী যৃম্বাল্লোন্দ
লল লৈববসু লনচাক্তো
হুইযেন লাঙ্থেংগী শিন্দমতদ থাধবনি,
অঙাওব মক লিংদুন
তাইবঙ পানসে চাযনপৃং ওম্থোক্লনি
চীঞ্জাক্ত ফাগি যাদেনে ।
মীন পানব তাইবঙপানসিদ
মপৃগী চাংযেংসিসু অঙকপনিদা,
মীগী চাদা নাউদাদ
মমা'মত্তগী মচাদসু যাওনবি
তীলগুম্ন মকোক্ খনহৈদব
মীগী হকচাং কযাৎশিংন
অপাম লৌননী'ব ফাওব ব্রাখঙদব
লাইগুম্ন শেংব চম্বসিং,

কয়াৎ শুন পাল্লগসু
উহ্‌ন, তাহ্‌ন ঙাঙহ্‌নঙমদবসিং
মমালক্ত ওইজবত খনহৈবন
কান্নদব ফৌহাম্নী থৌশাদবশিং
মী ওইন ব্রাংব্র ব্রাংদ
শাগুম নেমব্রাসু নেমদ
মরক শরক্কী লোনচৎনিদা!
মসিমসু অঙকপনি ইমা,
তাইবঙ মিপান লাংসিদ
মশিন্থা হক্রু ব্রাখঙবী
তাইবঙবু নাউযোক্কে যূম্বানবী
নুপী মমা য়াওবিনে!
নঙগী তাইবঙ ফম্পাক্সীদৈ
শিৎ শিৎন উশিল্লী মখোযন
লেঙলি পাল্লি খিবিক্তগী
ফিদমগী মশকমখৈ খনগত্তুন
তাইবঙ্‌ যূম্বাল্লোনগী হৌনবদু
শিকি তিংদন লেপ্তন
পোক্‌থোবকপদ ঙাযবিব ষন্নাউদূ
ষণবীন কবম্‌ হৌগৎহন্দুন
শকুগী মপাঙ্গল হাম্লীব
মবোমদোম লেপচ চৎচহ্‌নব,
পাইব হৈতব ফক্লাঙগী মিন
অপাইব তীল্‌বু ফাননব
মিবাংগী লৌশিং পুথোক্লীব
কয়াদ লায়ন পানঙম্ব!
মফম মতম খঙন
ককচেংন মহুম শাদুন
নোংজু নুংশা মায়োক্লব
তীঙ্খোকপু মকোন্দ পুঙম্ব,

মীগ লোন্দিন্নদব চেক্লান
মপূক্লীংদ লমথৈ খন্দন
চুম্ন তাবগী মপালন
তাবিমথৈ মকোক্ত হাঞ্জিন্দুন
মীবোল লাযন থোকওল্লীব,
কুমগী উলেন নংদ্রিথৈ
মপাঙ শঙ্গু চূংশিন্ন
লৈপাক্ লৈপাক্ লান্ন
অৰুম্ব চাক্তাফম তম্লকপদ
লম্মখাঙদ মপাঙ শোংখহৌব
চীংখ নাম্বুহৌব কন্নব
যামখুব পোশ্নী চেক্লাসিং
অকনবন তুংদ থা
পাঙদব অশোন অপীকপন
যেৎলোম ওযবোম চৎখৎন
মপাঙ শেৎন খাইনদ
চাক্তাফম মাযকৈ মাঙদন
অনিংব পন্থুং যৌঙল্লীব
তাইবঙ যূম্বাল্লোনগী অথুপ্প
মপান নাইদব লৌশিংসিং
শেলন তান্দুন ফংঙল্লবোইদববু
খনগন তমগনবন তমশিল্লি
যূম্বাল্লোন নাউযোকপদ পান্সিল্লি,
অকোযবগী কল্লব ইথীলগী
অৱাব খূদোংথীব চৈনাসিংদো
পাইবক্নী লৌন লৌথোক্তুন
পুন্সীবু হৈন মাযোক্লে
নৈহৎপীববসু অতেকপদগী হৌগৎলকই,
লৌনম্বীববসু মমৈদ মাযপাকই
তাইবঙগী হৌফম, তুমফম

ইমা নহাকখক্তদ ওইবন
তোঙান্নব মীগী ৱাখলন
তোখাইনন উববসু নঙবু
নঙগী শক্তম্দী লেঙ্হৈদ
অমত্ত অদুমক্ ওইবনিন
তাইবঙ পুম্নীগী পান্দমসু
অমত্ত ওইনব থৌশীল্লি,
অপূনবগী মান্নব পাঙ্গলদ
মতিক চাননব কখোক্লবগী
মহৈ মবোং চূমদুন
পোখোক মবাঙ কাযববদী
মশান মপূক পেন্নবন
পূক্নীং মকা লান্নদূন
অফবত তৌনীং খন্নীংহল্লি
নুংঙাই ৱাত্ত পাদনব
তোখাই তানবসিংবু তাইশিন্ননব
তাইবঙ যূম্বাল্লোন ৱাখঙবন
ইতিংদ তিংথোক্তুন লৈবনিদা।
তাইবঙ পুম্নীগী খোঙচৎসৈ ইমা,
ইপাঙ অম লোযনবন
খোঙচৎ মপূং ফায়
মরুপ্ন অৱা কোক্লেনে।
মকপকী মহাও খঙনৈযে
ইথৌদ থাজব লৈরক্লব
নীংহন্নদূন নীংব কাযবিঙে
মবপ্ন পাঙ্গল হাপ্লনি
থম্মোয় শেংব নুংশিবগী
ঙমদব লৈতে মকপ্ন
পঙ্ন পূকচেল পীকপন
মকপ্পগী খুদোংচাব লুম্নরব

ইমিগুম নকপ যেক্রবনি
মকুপ্প মকপ হাৎপনি
কনান কনাসু থাজরক্তবনি
ঐগী কান্নবন মাঙওয়নব
মীপানলাংগী লৌগী লম্বেলসিদ
খুদোংথীবদ কৈদৌনুংদ থাদোক্তব
লেঙদব মকুপ্তী মপৃতনি
শক্রোন পুদব নুংশিবনি
লমজা শবাগীন মমা-মপানি
নুংশিব কায়নবগীন নুংশিথোইবনি
মীৎতাঙবগীন লম্বীগী চৈশুনি
পাঙদবা হৈতবগীন লমজীং মঙালনি
থাজবিবন থাজব মাঙঙমদব
অশেংব তাইবঙগী উকলনি।
কল্লকব্রেদা ইমা মিপাললাংশিদ!
অচূম্বগী মঙাল উদুন
অমক্প অমত্ত খন্দ্রব
লৌনম তাৎন শোকঙমদব
পৃক্লিং লীচৎকী মতৌদ
অঙৌব চেবাঙগুম লূববসিংদো
মীওইব খুন্নাইলক্ত হিংজববসু
মশান মশাবু মোৎহঞ্জদ্রব
মথৌদ লেপ্ত পাঙলিব
চম্ন শেংস্রব পুন্সীবোলদো
তাইবঙ্ চেঙ্ চারিবন
অতোপ্পন মোৎহল্লক্লদী খাঙঙমদবগী
অবানববু খূৎ হল্লকপদ
উখোবকপ পৃক্লীংগী পাঙ্গল্
অকিব পক্তব থৌনাদ
য়াওবি অউবন তুজুংনঙায়

মপূনা পেনবীবগী মতীক
অমোৎপন লম্না য়াদব
মীগী মচত্ত লাইওইবগী
ইনাকখুনবগী শেলন নৈঙমদব
তাইবঙগী পাঙ্গলন নমহৎঙমদব
থম্মোয়সিন কল্লক্র তমজনীংব'ম,
অসিবুনে তাইবঙগী যাই,
মীওযন পোকপদ তানগদব !
ইমা মালেমগী মবা তপ্পনব
তাইবঙ্গী মবী ফননব
পুক্সিগী অশেংব লন।
অদুবু ইমা, অতাঙবনিদা!
ঐনসু মীনসু পাম্নবিসি
মীন থোংলগ থিবীবন্নব
অমূনব চানবা শেম-শাবনি,
অফবদী লোযন ওইনিংই
কান্ন নুংঙাইবসু লৌনীংই
ব্রাখল মিৎযেং চুন্নব,
থৌখঙব কনানা তন্দন
লেপ্তন হোৎনবগী মহৈদূ
থোইদোক হেন্দোক্র চাউবনি
মীপূম খুদীংমক্ত কান্নমিন্নৈ,
উহৈ অমূনব লোক্লীংনব
মপূ ওইনীংবদি হৌনশা
মীন হোৎনজমলদ নীং তম্বদূ
হোৎনদবনদি কল্লক্ য়েংথী
মশাগী নুংঙাইবত ব্রাখঙ্গব
অতোং অবেম্বদ হিংবগুম
অতোং অবেম্বদূগী মাঙলমচৎ পুদী খন্থদ
মীগী হুমাংমল লোকচবদ

অকেনব উহৈগুম মীতান
মপূ শানব লৌতান্নে ।
মীন মথৌ নাচঙদবদ
নাচঙবগী খূদম্ন নীংশিংহনবদু
অতোং অবেন্নদ হৈনবনদী
মথৌদ খোয্জঙ্নবগী মহুত্ত
নুংঙাই ব্রাত্ত পাদনব
থৌখঙব মপূ'মত্ত চোংথোক্লক্লদী'ন
থম্মোয লাইযুমদ নীংনৈনে !
তাইবঙ মিপানলাংসিদী ইমা
খঙন উনব কোক্কী
মশাগী পান্দম্ন চৎনবমক্তনি
কনান কনাগী থৌপান্ননব
মপূ মান থৌশীন্দে,
'ঐ'-'ঐ' হান্ন ফনদুন
ইথৌগী তাক্লিংঙায লৈহন্দ্রব
তাইবঙপানসে থৌখঙবমক্তন পান্দূন
কল্লক যেংথীনবগী ব্রাংমদ
অমন অমবু নোল্লূক্লন
নুংশি চান্ন তেঙবাঙনবৈ
অথোয্ নাপল পক্ত
মাযথোঙ্ খূদীং হিংমিন্নবৈ
অশাৎপ লৈবাংগী মতৌগুম্
থোৎন লূন ঙানগদবনিদা !
অহ ! ইমা মালেম,
নচাগী থম্মোযগী পাউনীংখোলসে
অতূন্বী পলেম্ন পোকপীবমদূননি
নফমদ ওইনদূন তাহল্লিব
লৌনম্ চীবোল্ হৈতবী
অতূন্বী ইমা অপঙ্বীদো

মচাগী শবৈ ইন্নবব
পুন্সীদ মহাও খঙদ্রবীনি
কন্নাক কুক কাবফাও
শুবোল-ন শবেপ্ তাল্লফাও
মচাগী মপাল খঙদন
ঙসিসু শুব লেপঙমদ্রী।
ইংথমগী ইঙলব অহীংদ
ইমাদু করম লৈতাবিগবা!
ঙাইবন্নী ঐন হল্লকপৈ পুংফম
পজেঙ্ ফিবাল থেৎন
অহীং মিৎশেং খাঙদূন,
উবিবনি মপৃ মান
মমা মচাগী লীপূল্
চাংয়েংলিবনি অনীগী পূক্লীং
অদূন, থৎতুন পুখিব তৌবোই·
অনিগী মবক্ত অম,
শেৎন খাইনব খাঙঙম্নব,
অদূবু ইমা মালেম :
ঐ খঙজদে হৌজীক,
তাইবঙসিদ ঐন হিংলিব
মপূন কৈদৌহনগে থবাকপনে!
তাইবঙগী য়াইফনবনিবু হায়ববদী
ইমাগ শেৎনহনব খাঙঙম্নীয়ে!
ওইসনু মপৃগী অপান্বদূ
মকৃ হু হূদুন শিনাইদব
লিলগুম, ক্লাকৃম্বদি, নত্তেয়ে,
অশিব মচাগী হৌনশা
শেৎন খাইনবদূ ইনাৎনি,
খঙসনু তাইবঙসিন লৈবিমখৈ
মচান মমাবু মীবায়খিদে'দূ।

কাউদব মমি মুৎনাইদন
মমা খূদীংদ তাসনু,
অতূম্বী ইমাগীসু হৌফম তুমফম
নহাক্কী হাককন্নবন মকনি'সে
ইমা মহাকসু ৱাখঙবনি
মচাগী মমা অশেংবীনে
খোল্লাং লমনবু নাচুংদবীনি
ইমাগী মতীক শীংথাজবসে
শক্লজবগেনে খোল্লাং লমন।

---

## "পাউমেন"

নুংশিবব অঙাংশা, হৌখ্রে চৎখ্রে
অমূক হল্লক্লবোই ইং কুমজ্জা ২০০৭
নখোয পূক্লীং চঙন তাও
কবিগুম্বা পাউমেন খবা শিন্নবমগে
অনৌব চহীসিগী যাওলগ ইবোযনন।
অমূক চহী হৌব, লোইব
নখোয ফন যাম্নদী থেনবক্লল্লগনি ?
মমাঙ চহীদূ নীংশীংদূন যেংউ
ইমান ননপ্ শিৎপীখিবসু যাওবমগনি
হৌজিক্সু শিৎপীবিব যাওবদী তোকহল্লোকো।
নশাগী অমোৎপ নশান লৌথোকচৌও

নখোয় মিংশেলদ নমি উবিবনি
ফজব অনানব মশক্ খঙলবনে
থবক্ খূদীংমক্ পীক্লবসু চাউববসু
পাঙ্গল, মতম চঙদব লৈতবনি
ইমা ইপাদী মচাগীদমক্ কখোক্লবনে
মখোয় অহীং নুংঙাইন তূম্মীংলিবনে
অদূবু তূমহৈদে, ঐখোয়্‌না নাবিঙৈদদী
চাননব চীঞ্জাক্ল মবাঙ কায়দ্রবদী
মচাবু হান্ন থলহন্নব হোৎনবনে
নখোয় নুংঙাই যাইফবমক্ত ওইবমদূন
নোংমত্ত থুংদ-নমদব খঙলক্ত্রবসু
মীগী তৌবীমল ব্লাখঙবদী তম্মো।
নঙগী কোক্ল, পাঙ্গলন পুখোকঙমদব
শেৎলি চাবিবসিং কদাযদগী থোক্লকপ
লৌমীন লৌ লিংবদগী চাবিব
শিন্মীন লং শুংবদগী শেৎলিব
ঐখোয় মীগী হ্মাংমলন হিংলিবসে
কৈদৌনুংদসু থৌশাদব পাম্মূদব তৌবোইদবনে
নখোয়ন অবেম্বদ হন্দোক্ত্রন মাঙহনবদ
নীংশিংবীয়ু লৌমী শিন্মীগী পুক্সি।
নোংজু নুংশা খাক্তন শুববসু
ইকঙ ঈচাও অমূক্তং নংবদ
মখোযগী পোক্তোক্ত ননীং তন্নীদূগুম
ওক্ল পেন্ন শেৎচ চাজহন্দবনে

অদূন অঙাংশা, পঙহীং হিংগনো
অঙাংগীসু অঙাংন অঙম্বা শুগদবনে
অসি হায়দূনসু নখোযদী মহৈবোযনে
তন্নীঙৈদ খঙহৌগদব নহৈন মকুনে
হিংলিমখৈ তোক্লবোইদব শেংপ চাবৈদমক
কৈদৌনুংদ অরেম্বদ মতম মাঙহনগনে।
পাঙ্গল্ লৌশিংদ লম্বা লৈতব
পূন্সিদ মায় পাক্পদ ওইননব
চন্ন হিংউ ব্রাংন খল্লূ
হাযবদী, মবম চাদন নুংঙাইথোক্লনো
অহাওব চানীংব ফজবা শেংনীংবদী
হৌনশানি মীপূম্ খূদীংমক্ত ফাওনব
পূন্সিগী পান্দম্ন অপাম্বগী মাঙ-থাও
অপাম্বদী ঐখোযগী অকোযবগী থৌইন্দিন্নে
উবি তাবিবসিংদগী পূক্লীংনবু শুমহৎলব
মদূ ইশাগী ওইনীংবদগী ফংনীংলনি।
ইতীক ইপা চাববা খন্থদন
অপাম্বন শোযদনমক দবকাব ওইহল্লবনিন
পান্নীবদূ ফংনব লম্বেল থিবনি
নীংব থূংদ্রবদী পেন্দ্রবনিন শাউনীংলে
অশাওবন অফ-ফত্ত খঙহন্দ্রবনিন
তমগদবা ইহৈদ পূক্লীং লূপহন্দ্রে
কবম্ন পূন্সিদূ মহৈ য়ানগনি ?
ইহৈ তন্নীঙৈদ শেল থোক্তবনিন

খুদীংমক ইমা ইপান পুথোকইবনি
পাঙ্গল শেল ব্রাখলগী থৌনা
ইচা মী ওইদব যাদে'ন
ইথৌদ নীংহন্নখিনি খন্দূন মিপাইজবদগী
মখোয় ব্রারবসু নখোয়দ উথোক্লীংদবনে
থোকউ'দ থোকহন্‌ভন্বা যাদগবদী নত্তেনে,
নখোয়ন তন্নীব নহৈদ মায়থীবদ
মাঙলিবসি নখোয়্দ নত্তে খঙউকো!
পূক্লীংদ অপাম্ব' মওং ময়োল চোংলক্‌পদ
খল্লূ-কয়ামূক তঙায়ফদব অপাম্বনো,
মদূন নথৌদ অকায়ব থোকহল্লক্কদ্রা ?
অমাঙ-অতোঙ মাঙ তুং
মতম চাদবদদী পেছোকপ ঙস্মো
কৈদৌনুংদ অহীংদ কৃষ্কে য়েংগনু
হকচাংবু ফৎত্রব পূম্নমক অবেম্বনে
য়াহীপ চাক্‌চা, ফমফম নাইয়ু
থস্মোয় শেংউ তন্দব ওইও
লায়না চেন্দবনে কুচু শেংবনে
চাবিমখৈ হাউবন ইহৈত হৈনীংবনে।
লানব নাইব মীওয়বনি কাউগনো
মীন লানবদ ঙাকপীব হৈনৌও
মথস্মোয় পেঞ্জরবদী পূকচেল চাউথোরকপগী
ঐখোয়গী অশোয়বদসু ঙাকপীননব থৌরাঙবনে
লৌনম চীবোলদব অওয়বত ঙাঙলবদী

মীন থাজবীবগী অৱাবদ তেঙবাঙনীংবনে
মীগী ফত্তব ঙাঙব হঙ্গোইন্নকপনে
ৱাচোয় ঙাঙগনু চীন থীগনু
কৈদৌনুংদসু মীঙোন্দ অকায়ব থোকহল্লোইয়ে
মিংয়েং কৃপ্প ওইয়ো অঙাংশা
মহৌশাগী লেঙলি পাল্লিসিংগী মচৎসিংদ
ঙক্ল উবসিংদ ঙক্ল খঙ্গৌও
মদূন নখোয় লৌসিং হেঙ্গৎহনগনি
পীকথ্রব তৃমিত্তগীন মীগী থাক ফাওবসিদ
ৱাখল খনব হৈবদসু হৈতবদসু
ইমান মান্নবা মচৎ'মদী য়াওবিবনে
পোকপা শিবগী অহৌ অবোয়
অদূগ, মীতনি লমচৎ নাইবিবন,
মশাবু অমদী অকোযববু হোংহনঙম্বনে।
যেংউ · অশিৎ অৱাঙ্গাগী শক্রোনসিংদ
লম্লক্কী শা অমদী পাম্বীসিংন
অকনব নোংলৈ, নুংশিৎ নুংশাদ
অতেক অকায, শোক্লী শিবিবসিংদূ
মখোযদূ মীগুম মশা ঙাকথোকচহৈদবনে
অকোযবগী শহুমসিংসে মখোয়দদী মরায়বক্কীনে
মীদি মীন লাইবক লেপচগদবনে
মীল্লিওনীয়ব ওইগেবা, চাক্লীবগ হিংগেরা ?
মী মীগী লোনচৎ শাজত্তুদগীনে
খল্লূ : ফাওববা সাইন্টিষ্টসিংগী মচৎ

ৱাংউব মায়চৌ, অশিংবসিংন তাক্লম্বসিং,
তাঙ্লব মীওয়পোক্কী পৃক্সিগী পান্দমসে
মখোযন ইন্দ্রীয়গী পেন্নবখক্কীদমক ওইহল্লন্নব
ঙসিগী ঐখোয়গী অমম্বগী মঙালসিং
চাউখ্রব পৃথীসিগী লাপ্লখ্রব লমদমসিং
ইমুং মনূংগুম তান শম্লহল্লিব পাম্বৈসিং
জাৎ কুচু লোল তোঙান্নবগী
পৃক্সি মহীং শম্নদব মীওযসিং
মহৌশাগী অৱা চৈথেঙদ তেঙবাঙনদূন
মীগ মীগ ৱাখঙ্নদূন কন্নহল্লিব
মালেম্বু পুন ঙাক্লঙায় অথূপ্পসিং
বাইবল্ কোবান, গিতা, পুয়াসিং
পৃক্সিবু মহাও পীবীব খৃৎলায্সিংসে
অমত্তসু নৈবম্লোই, মীওযবগী অহোংব,
অদূমক্ খুম্ভোকচৈগী য়ূমলীংদব পৃক্সিবোলদ
ফি শেত্তন শাহীং চাখিগদবনে।
তন্নীব লাইবিক্কী লাইশু খঙও।
ফম চাউদূন শেল থোক্লনব
শকতাক্ চেখককীদমক চীনফা পৃগনো
খল্লূ লাইবিক্লু পীব নথৌদূ
যোংন, নোংশানদী লাইবিক তমদেদনা।
লাইবিক হায়ব ওজা হাযবসে
মীন মীগীদমক শাব খৃৎশেম্লে
অশেংব ওজাদী মীশী নত্তেয়ে

অচৎ-চত্ত মহৌশাগী ফিদম্লীংঙায়্সিংসিনে
অশেংব ইহৈদী লাইবিক শীদবনে
চুম্ন খনব তাব উবদূনে,
ফন খনব'সিন মহৈ মকোক্লে
পেম্ব্লোক্প তম্বসু মহৈ মরুনে
অদূবু অঙাংশা, কাউরোইদব অমদী
নশান নশাবু ইকায়্-খূম্নব হৈয়ো ।
মবম চাদবদদী পেম্ব্লোকপ হৈগনো
মীনায়গী পূস্নি মহীংবুদী য়ানীংগনো
পান্দম লৈন চৎলূ চাও
খঙ্উ হিংলিব পূক্সিদূগী মরীদ,
মীন পূম্নমক্কী থৌবূ ওইবদূ,
উ খূৎশেমগ অহীংবগগী খেন্নব
অহীংবলক্ত মীদনি খূৎশেম্ চঙ্ব
লৈনুংদগী খনি শুংদোক্তুন শিজিন্নবিব
মহৌশাগী শক্লোন্দগী শেমদোক-শাদোক্তুন
গাডীগী থাউ, কোল-লীক্ লৈতেংসিং
পূস্নিগী থাক্ ব্রাংহল্লিব পোখোক্সিংসে
পাঙ্গল্ লৌশিংন তাল্লগ ওইরকপনে
লেম্ন ফংহৈদে অকেনব উহৈগুম্মদন
ঙাইগনু, মহৈ চাদূন চাংয়েংগদোইগী
মীগী অনৌ অনৌব পোখোকসিংদ ।
খল্লূ নঙনদী করিগী পুথোকহৈদেব
নশাগী পাঙ্গল লৌশিংগী ব্রাংমদ

মিতাব ইকায়য়ু মীগী চাওখৎপদ
খঙ্‌উ : মখোয় লাই নত্তে,
মখোয়ন পুথোক্লীবগী পোৎচাক খুদীংসে
মহৌশাগী লৈজবন্নব লেঙডব্রব শক্লোনমক্তনে
য়েংউ : থক্ত পাইরিব এরোপ্লেন
ঈশিংগী জহাজ, লম্বীদন ট্রেন
লৈনৃদগী ধাতু মক্তন শেমগৎ শাগৎলকপনি
অদূন অঙাংশা-মীগুম্না চাওখৎনীংলবদী
অকীবা অণ্ডকপ শুমহৎপগী হৌফম
তাইবঙগী যাই পূম্বগী তূংনফম
পৃথী ইমাবু শক্খঙনব হোৎনখোও
লেঙলি পাপ্লিবসিংসে লৈপাক্তগী হৌবক্লগ
লৈপাক্ত অমূক লোয়ন তুমখিদোইনি
অশি অচঙবগী অবোয় অহৌসিদ
লৈপাক্তনি অকোন অহানবা ওইহৌদোইব
মাঙ্ তুং থৌওইদব তৌগনো
মালেমসিদ মীওয়বন খুঙ্গোকপ হৌবকপদগী
মীওয়্বগী পঙ্গুংনি খনব মতমদূফাওগী।
নশান নশাবু মমল লৈহল্লো
মতমদী লাইনি খঙ্গন নোপ্লকও
মতমগী মমল ৱাখঙ্দব মী'মত্তন
পূন্সিদ মহৈ য়াম্দবনি খঙও।
নখোয় নশামক্তগী হৌরকপ নত্তবদ
মপাঙ্গোঙদগী হেক লাকপ ইথিলমখৈ

হকচাংবু পেলহল্লীবসিংদুগী মমল খঙউ
লোয়্নমক য়ূমফম লৈব খূৎশেম্মক্তনি
নঙগীদমক্ লেম্ন মত্ত লাক্পা নত্তে
লেপ্তব মতমগী যাওল্ল ইবোয়ন
মীগী পূক্সিগী শক্লোন হোংলকপদ
পূক্সি মহীংতমক্ মতমগ চূনহনব
ব্রাখলগী থাক্তী ব্রাংখৎহন্দবদী খূদোংথীনীংঙাইনে
অদূন অভাংশা-মসি কাউহৈদবনে!
অচৎ-চত্ত হিংলিব খূদীংমক্কী
অনী শুদ্রবা কাযদোঙফমদী পৃথীসিতনে
পৃথীগী সান্তী লৈহনবন মকনে
খন্ন তৌনবগী মকন চীঞ্জাক্রে
চীঞ্জাক্ শেংলিবমখৈ মিৎযেং শানবনে
ইশাগী লৈহাওগী পোখোক্তন মশেংলবনে
ফিজেৎ চাকচান মীবু শক্তাক্পনে
ইনাৎকী ফিজেৎ-চাকচা লন্নানহৈদে
ইনাৎপু মতীক চাহনব ইথৌদাংনি,
মীতৌ তম্বনা অশেংব তানবব
তাইবঙ্পানসিদ কনান কবিগীবু ব্রানক্ফগদগে?
নুংশিবব অভাংশা, তাৎত খোয়্জঙগনো
মীগী নুংঙাইব অব্রাঙব পূক্সিদো
হৌজীক হায়বসিদ নতীক্ক চানদ্রবদী
মদূম্ন লেন্নীংবগী নপূক্লীং চরাঙনগনু
নশাবু হল্লন খনবসু তৌগনু

মিৎয়েং চুম্ন হোৎনববু লেপত্রব

তাইবঙসিদ মীন য়ৌঙমদববু লৈবরো ?

মপূ মাগী খূৎশেম্মী ঐখোয়

মাতনি : থম্মোয় ঐখোয়গী ব্রাখঙব

মঙোন্দ থাজরি মতীক পীন হৈবনি

মীন লম্বা য়াদব মতীক্ত

উপাল পূম্বদগী কলম শেমদূন

সমুদ্র ইপাক্ল মূক ওইদূনসু

মীন শীংথাদূন লোইব নাইবরোইদব

ব্রায়েন্ চুম্ব মপূ মাদী

ইখঙদ খঙব লমজীং মঙালনি

মাগী খূৎশেম্মু য়াইফনবত থৌশীনবনি

অদূনবু তাইবঙপানসে মীন পানহল্লিবনি

পূক্লীংন হকচীন্ন পান্নব পোৎশক'ম

কমদৌন কদায়দগী কবিন কৈদৌঙেদ

অইন্-কন্ন হোৎনদূনবু তান্নবব

শোয়দন উবক্কনি ফংনঙাই লম্বেল

কয়ামুক শেংন হোৎনরবগে য়েংলিবনি

ঐখোয়গী পূক্লীং লীচৎ পানরিব মপূন

অদূন, নপূক্লীংদ লেপ্লো হোংননবগী,

য়েংখি খূদীং অব্রাৎপন থল্লব

মীপাল তাংদ্রবদী ফি থোক্লদগুম

মীগী লেমজনীংঙাই পক্লব ফীভম্দ

খূদীংমক্ মীঙোন্দগী লৈবগী থৌওঙন

লৃপা অম শেঙ্গাওদা তৃংহৈদ
শুগনব লায়রব লৌমীগুম তোনহল্লিব
মীখা পোন্নীংবতন ইনাক্ খুনহল্লব
ইকায় ফিকক খুম্নহেদ্রব লৈপাক্নীদ
লৈতবগী, নীংব থুংদবগী থৌইন্সিন্ন
মিৎকৃপ্ পুংজা কাংদন থোকহল্লিব
থোকহন্নীংদব হুরান, চীহ্নী হাঙোক্লরিবসিং
তৌ-ঙম্নদূন অঙম অঙম চানবিবসিং
নুংশিরব অঙাংশা পঙউ উগনো
লাইশু খঙ্ন নবৈবাক্নীদমক কখোকহৈযো
ইহৈ হায়্বসে মীওয়বগী লৌশিংগীদমক্লে,
লৈপাক্না ইহীং নাইহীংদ ওন্দূন
মীগ মীগ, কৈগ যেনগগুম
হিংচা য়াইতমদূন মপৃ পান্দ্রব
কি-তৃক্কচনবগী তাইহৈদ্রব খোঙ্নোকসিংন নিল্লবদ
ইহৈ তল্লীঙেনি'ন'না' মেক্সিন্দূন
'মীন মীগীনি, ঐবু শোক্লুদী'ন।
খোর্জে কোববাক কোন্দূন তাসিন্নদ্রব
খল্লূ : মীওয়ন হিংবগী চন্নফম,
পৃক্সিগী নবল্নিন নশাগীদী মাঙদ্রবসু
'হৌজীক' হায়ব পৃংফমদৃগীদী নখোয্
ইকায়্দবন পৃক্ থনব য়োংগুম
মমল লৈতব পৃক্সি ওইরে
মরমদী শান মখোয়গী অপাম্বগীদমক্

য়েংব, তাব, মনম লৌবগী
মখোয়গী অকোয়বগী থোক্লী ওইরিসিংদ
অপাম্বগা মরী শম্নদব'মস্তদ নাচঙদবগুম
ইথন্নত হিংহৈদব অঙস্ব তেঙবাঙ্নব
লৈবাক্ খূন্নাই লিংলিব মীওয়্বন
ইবন্নাই ফনঙাইগীতদ পূক্লীং লূপ্লবদী
চাওখৎপ খূন্নাই'ম করম্না শেমগৌদরিবনো ?
অদূন, অঙাংশা লাইশুন মরুনে,
নশাবু মমল য়াওহন্দব তৌগনো
লৈপাক্ শুমদূন চাব রাজনীটিব্রালাসিংন
লৈপাক শেম্লব ললদগী চূপখত্তুন
ভোটীং রাইট লৈববদ য়াকনুকো !
মীয়ামগী মীহুৎ মতীক্-চাননব
অফবনি খঙলববুতদ ফোংন লেপ্পু
'অচাব শেলন মীবু মোৎহনবনি,
লূন লেম্ন লৌশিংন চৎলু
শক্তীতবু করাম্ব মী মচাগী
শেলন মোইথেল্লবদ পঙ্থদূন থুরব
নশাগী নখোঙ্দ শীংজঙন য়ালীঙবগুম্বনে
নুংশিরব অঙাংশা লৈপাক্কী অমোৎপ,
লৈপাক্ মীয়াম্গী পূক্লীংগী অমোৎপনে,
মরম্নাই তান্নীংব ললদদ ঙাওবসিংন
লৈপাক রায়েন্ থৌদাহল্লদী কৈদৌনি ?
মতূং ইল্লিব থৌবুনাইসিংনসু তম্লনি ।

অদূন, লৈপাক্কী ওইব শিনশঙ লোয়্শঙদদী
মীয়াম্গীদমক মথৌদ কথোকঙমদবদী হৌনশা
লনাই মীচম্ম চলাইবসিংন চাওখৎলক্লগ
সরকাবগীন অসুম অসুম মৃৎথবক্লীব
লাযবব শেম্লোক নেমবসিংবু শোইনাইহল্লিব
অনেম অৱাংদ সমৃদ্রগ লাংঘোংগগুম
হিংমিন্নব য়াদনবগী পল্ চেৎশিনহল্লিব ।
নখোয় তাদ্রো : মপৃ পান্দবগুম
লৈঙাকপন ফমথোল্ মুন্নবিঙৈ লৈপাকো
ৱাবক্তবগী অঙাঙ অঙাঙ চাউনদূন
তাশিন্ খোমজীনবীব, লীশীনবীনব যাওদ
লমদাঙ চাদবদ পোখোক্ খুঞ্জাসিংগী
অবেন্দদ যোঞ্জদন পৎহন্ কংহল্লিব
সহবদন মীরমদগী তাঙন যোল্লবিব
মীবৈবাক্কী পোখোকমক্তগী কৈথেলন ইন্নবিব
ফিভমসিদা করম্মা ইবৈবাক্লা মীমান্নবক্কদগে ?
নুংশিরবা অঙাংশা : অচঙব ওইযো ।
নশাগী শাজও মীবু ফিদম্মহল্লো
নশক অমদী, মীগী মীনুংশিন
নরোমদোম নুংঙাইনবগী খুৎলায় ওইনগনো,
শুদন চাব ইকায়বা তম্মো
অরাম্ব ফাওরবা মতমদত চাও
অদু ওইববদী চারিবমখৈসু হাউবে
চীনহাও থিরবদী শোন্দম নাদম্বনি

নোংমগী অথোংবদ্দ পেম্থোকপ হৈয়ো ।
অঙাংদী লৈবমদব'ম হৌগৎলকপ শেমগৎলকপনি
যেংনীং হুল্লকপগী তনৌবব নুংশিবদূনি
থৌনা ইনোং, অহীংবগী মঙালনি
পকচদে : শিঞ্জিন্নবা লোইথোকপদূদ থৌবদূ ।
মতম খূদীংমক্ত ওইযু খূদম,
তাইবঙবু য়োক্ল কন্নবগী লেঙদব ।
চাও, চংলু, ননীং তম্মু
ব্রাখঙব'ম য়াওন পূম্নিগী মরমদ
মচা'মগী হাক্তকক্ত শ্বর্গ কাব
অতোপ্পা মচা'মগীদন নোবোক তাব
খঙউ : ব্রাহ্মোক্ত কবি হায়রিবনো
য়েংউ . প্যোক্লফম ইমা লৈপাক্ত
লাযব, ইনাক-খুনবগী থাক্ল তোঙানবনে
ইয়ূমদ মপূনে'গী চাউব ঙমদবদো
মদূক তোনব পূম্নি মহীং লৈতরবনে,
খূম্থোকভৈদগীন মীন ময়ূম লিংলকপদগী
শাদগী তোঙান্ন খূল্লীংলকপগী কাঙলোনসিদ
চীং, পাৎ, তুবেল, উমং-ব্রামঙখক্ত
খূৎশেম চঙদন ইশঙ শংলিভৈ
লিল কাঙ, শা, উচেকসিংগুম্বগী
অফঙব লাকক্তূন চাব তোক্তূন
মীগী অশেংব লৌশিং তাল্লকপ
মৈ পুথোকক্তূন অহীংব চারকপ্রিব

হিংমিন্নবগী কান্নব মহাও খঙলকপ্রিব
মীগ মীগ শীঙ্খোঙ য়েন্নরকপ্রিব
ময়াম মবক্তগী অথৌব'মন লমজীংবদগীনি,
খূন্দ লৈতারোলগী চানব শক্লোনসিংদ
মীগী ওইব লোন্দা পূদান
তাইবঙ ফম্পাক্কী থোক্লী ওইবিব চীথদন
নৌহৌনন মশক মমীং লেপ্লদূন
লৈবিবসিনি ঙসিসু মাগী মাগী
মীগী চারোল লেপ্তন শন্দোরকখিবগী
লৈবাক লৈপাক্কী ওইব খেন্নবসিং,
শাদদী মহৌশাই মহৌশা হোংদেদনা!
খঙউ নিংথৌ পাল্লিবঁ লৈপাক'সিদ
মীযামগী মীহুৎন লৈঙাক্লীবঁ পুব্রাবী
চন্নবসু সনা লৈপাক্লী শীংথাবশ্মী
অঙ্গীং অশাগী অমেঙব খলদ
লৈহাও লৈব, মহৌশাগী নীংথীবদ
পোখোক মরাঙ কায়ব মহাও লৈবদ
চীংন কোযশীনবগী তোমথিন ওইব
পীকপ্লব লৈপাক্সীগী চীংমী তম্মীসিং
লোল, চৎনবী, ফিজেৎ তোঙান্নবসু
চাবৌ মৌবৌনবগী নুংশিবব লীপূন্দ
পূক্লীং হুন মবা তপ্লস্বগী।
নিংথৌ লৈঙাক মূথৎখিবগী মতূংদগীদী
পূক্সি মহীংদী মীঙোন্দ তোংবগী ব্রাংখৎলবসু

ব্রাখল লীচংতী লৈখা তাম্রে।
ইরোমদোম থাকচরম্না যুম্নান পূক্তি
ঙসিদী খোঙদগী তোনফাও অনীবমকক্ত
থুম থাক্লব থুমখোংদগী ব্রাংহল্লমম্রীনি,
তেরা-লশিংগী পোখোক ফিজেৎ থুংলম্মীনি,
ষনবীগী শঙ্গোমতন নোয় পেন্নরম্মীনি,
ইপা ইপূগী শিদ হীদাক পাম্বীসিংদগী
লায়না তীলনা লোয়ন কোক্লরম্মীনি
লী-ব্রাগী কান্নরব পোখোকমক্তন
ইমুং মথূম ফুন্না খূৎলায় ওইনরম্মীনি
পূয়া লাইরিক্কী চে শানরম্মীনি
অদূবু করিগীনো! লৈপাক্তূমক্কী লৈহাওসিদ
থুমগী, চেগী,লশিংগী পোখোকসিং
লৈপাক'সিদগী মরু ফূক্রা মুথৎস্ত্রিব ?
ঐখোয়দ পোখোকসিংসিগী চন্নফম খঙদ্রবগীবনে ?
মহুৎ মরেঙ পোখোক্কী ব্রাখঙন
মতমগী য়াওলগী লৌশিংগী পোখোকপু কদায়দনো ?
চহী হুমফু লাম্নীল্লক্লেনে লৈপাক'সিঃ
লয়লম লৈঙাক্কী শরৌলাংদ থুখিব,
মীওয়ন ইরোমদোম য়োকচ থাকচহৈখিদবসে ঃ
ব্রাখলগী শক্তী অকনবন অশোনববু হুম্বদী
মীগী মচত্ত লায়ন থোকপনিন
মীখা পোন্নীংবগী ইহুল কাঙব
থুম্রে! লৈপাক্কী অঙম অথৌগী মফমদ

ইশাবু মতীক চাদবনি'সিন হন্থজখিবন
ব্রাচৎ ব্রানোল্লগ অচৌব শক্লখ্রে
ইখূলগী লূচীংবগী মব্রা চৎনবীদ্রবনিন
লৈবাক্কী চৎনরোলদ মথক মখা ওনখ্রে
মীগী থক্কী খাসী মাঙখ্রে
লয় লম মপূবুন লাইগুম্ম থাঙ্গৎখ্রে,
শেঙ্গা থুমজান মপাঙ্গল লৈখৎলকপদ
মখোয়ন নমথদূন পানবদ য়েংথীরক্তনব
লয় লম লৈঙাকপন থওইন খঙশিন্নদ্রী
মিবাংন ফাববা তীল ওইদূন
ইশাদী খঙজদব অবানব লোনচৎ'সিদ
ঙম্মমক অনম অহা চুপ্পবনে।
মতমগী চাওখৎপগী যাওল'দূদী নত্তেনে।
মীওয়ন হিংবা'সিদ তান্নবিব ফিদমসি,
মতীক চাব, মপূং ফাব'দূ নত্তবোনে ?
লৈতবন ব্রাখলদে'সি নখোয় তানবল্লগনি ?
মপূং ফাবব, মতীক চাবব'সিতন
পূক্নীং মবা-তপ্পা ব্রাখঙব'দূ ওইবনে।
খল্লূনে! মীন খোযশাওনবগী হৌবকফম
মীন লাকচব, লৈত লায়বব
নীংব কায়ব পেন্দবদৈ নৎত্রো ?
ফিদম লৌ অব্রাঙব থাক্কী
পৃথীবীগী অইঙব লমিৎ তুমিত্ত খুন্দাবিসিংদগী
মতীক চাবন হিংনাবা'দূগী ফিভমদূদ

উন্ন কৃশুনত, অইঙবন লৈতেং ওইব

তপথব ইঙথনবগীতগী মহৌশাগী শক্লোন্দ

পৃক্লীং মরা তপ্লব যৃম্বান্দ

তৌগদব তৌরোইদব ব্রাখঙন শীছানব

অতনব পক্তব থৌনা লিংজেলন

শুবগী মতীক লেম পানব

লৈম নিংথৌকোনগী পৃক্কে লঙ্গেগুম

হীরম খৃদীংমক অসিমা'গী ব্রাৎহৈদ্রব

মীপুম খৃদীংমক খোঙ্গুল তানবন

চায়াম পোকপগী অশোয়ব ব্রাখঙনরৈ

অমমম পোকপদ মরু চঙহনবগী

লৈতান পানবা অপীকপ ইমৃংমক্তগী

মীগী তৌথোবকপ থবক্কী মহৈন

মীশীংদগী অঙকপা ফংনা ব্রাংন

মহৈগী থাক্ত লম্বা লৈত্রিব,

নুংঙাই মরেক মহাও থোকপা পৃক্সিমক্ত

ব্রাখল মিৎয়েং চুপ্লব পৃক্সিরোলগী

শুন শুন ইকোমদ কোম্ব

অদূন মালেমগী মফম খৃদীং

মীন মীবু কল্লক য়েংথীনবগী

হীংশাগী তমথীরবা অওক অথোম্ন

মালেমগী সান্তী কায়হল্লিব ব্রাথোকসিংদ

মখোয়ন লুহোংবগী ব্রাতান্নঙায় অহলগুম।

চৈশু তেকহন্দন লিল্ শিহন্নব

পোম্মিৎ খঙব থৌওঙ লীচৎন
হীবম খুদীং মখোয়ন শংতাইবীরি !
তাইবঙগী হৌনখঙব মখোয়নে খঙও ।
কয়ামূক ফন নীংথীন চমথ্রব ।
খোঙ্গুল তাব, চবাঙনদব'সে পূঙ্গিসু নুংশাংলে ।
তাইবঙগী নুংঙাইবমখৈসু চীখদন লোকপ
চাকথুং ফিথুংব'সিন পুম্নমকসিগী হৌবকফম্লে ।
শুনীং হৈনীংগনব'সিন ললগী মকোক্লে ।
নুংশিব'শিন খোঙথাঙ খুদীংদ মাঙওয়নগদবনে,
মবমদী - ঐখোয়ন চৎলি চোংলি খুদীং
মীগ মীগ পানমিন্নরিব খুন্নাইলক্তনি
খূলঙ লমন্নী তাইবঙ পূঙ্গি
অঙম অঙম ওক্ল শিন্নবগী ।
ঐন নুংশিব ঙমদব মী'মত্তন
ঐগী থম্মোয়গী অপাম্ব বাখঙহৈদবনি ।
ঐন ফত্তন লোযনবিব মী'মওন
ঐবু ফন খনব ঙমদবনি ।
হোৎনকব খুদীং কান্নফম খঙদবনি ।
অচুম্বা চৎপ'সিসু লল মকোক্লে
ঐন ইশাগী ভাইহাককী ওইজননীংভায়গী
তৌদববু তৌবগুম, উবগসু উদে'ন
ওইদব ভাঙদুন মীবু থাজহনবদ
মীদূনদী অওয়বগুম চিংনদন য়ানীংগনি
অপাম্বদূ পাঙথোক্লরবনিন মহৌশাগুম হৌগ্রগনি

খণ্ডদ উদন লৌনম্ম ওইজবদূন
পূক্লীংবু অবানবদ য়ানীংব হৈনম্রগনি
মীন লৌনম্বীববসু হৌনশাগুম য়েৎনীংলরোই
লৌনম্ তাৎন নুংঙাইব থিনীংলনি
অফব, ইকায় খূম্নফম পূক্সিদ মিহৌদবন
ওইজ ওইথক্কী লূদবা লোনচত্তন
মীন শীংথানদব লাইবক ওইরনি,
নশান নশাবু লৌনমদূন লৈখা তাহনগনো।
নুংদ লৈব থব্রায়'দূবু নোম্লূকও
যদী ইচূমদ চুমদূন লৈজবনে
মদূগী মাযোক্তদ নঙনা চৎনীংগনি
মতম খূদীংমক্তা নশাবু ৱায়েঞ্জৌও।
মথোঙ হুকখিদ্রব পূক্লীংবু থৌদাউ -
'ওইদবন খূৎলায় ওইনব থাদোকউ,
পূক্সিগী লল মাঙহন্নবা মবম্মী'ন।
পাঙ্গল লৌশিং শরেপ ফাববদ
ৱা লেপ্পূ নপূক্লীংদ অইন কন্ন,
'ঐ হৌজীক্তী কল্লে, চাউবে,
ইমাদ নাউথী শাবগী মতম লোইরে,
ইপান পূক্সি লম্বেডজ ৱাৎপীববনিন
ইবোমদোম চৈঙাক য়াওদন চৎঙমদূন
ইশান ইশাগী লাইবক লেপচরগে।'
খল্লূ 'মালেমসে ঐগীদমক শিনশঙনি,
ইমা ইপাগী মথৌদাং তোন্দ্র হায়ন

লৈতাহল্লো : নীংলো মখোয়বু লাইগুম্ন
নুংশিবব অঙাংশা অমম্বদ থাজগনো,
মবম চাদবদ পঙকী কিগনো
'তৌহৈদব' হায়বসিগী ব্রাহম্বোক খঙউ
'তৌব হৌনদব থবক' হায়বনি ।
যাচঙখ্রবদী যেঙ্গাঙ হেকপ তৌহৈদে
চাক থোংলিঙৈদ মবোয হেক্লদী কংই,
কবি হায়বিবনো খল্লু, খঙউ,
থব্রায় পানবসিংসি অমম্বদ পোত্থানৈ'ন
তূম্নীঙৈদ থব্রায় হিংথৎ থদৎপগুম
অকোযববু ঙাক্লীংনব মীনুংশি তন্বীবনি ।
অমবোমদ, যেঙ্গাঙদ তীল যাওদনবসুনি
পুংলোন কাযবদী জগোয শোয়বগুম
মতাঙ চান থাক্কদব থাকহৌদ্রব
মৈখৌ হলহল্লব যেঙ্গাঙ শোযদোইনিন
নংহৌনব চাকখুমদগী চেহ্বোক্তুন মবোয হেকপদ
মকা থিদন পদৎ পদৎ থদৎকল্লী
মশান ময়োল থদৎলদী কং তাবনে
লফু নৎত্রগ উশোয় ফুকহৈদে'ব
অকক্লব নুমিৎ অমমম লৈ
যেঙ্গাঙ ওইনবদ হাউবব পান্দোঙমক্তনি
অদুবু লিশিনখিদুন শবেপ ফাবগদী
লফুথবোসু লফুতোঙ্গাসু, লফোযসু লাগু
হাযবিব পোখোকসিংসে মীগীদমক কান্নখ্রবমক্তনে

অদূন তণ্ডায়ফদ্রব মতমদত ফূক্লনব
মহুৎ অতোপ্প'ম তৌম্রিঙৈ চাউহৌনব
লফূগী কাণ্ডখূলসু থুন মূৎখিদনব
ইপান, ইপূন থূপ্প পাউমেল্লম্বনি ।
'ব্রা'গীসু অদূমণ্ডায়য়ে অণ্ডাংশা ।
হায়নবী চৎনবীদ পণ্ডইন ইনগনো
নশাগী ওইব ব্রাংউলোন্ন লমজীংজৌও ।
খণ্ডউ মীদী লীচৎন তাকপনে
লাইনীংলোন চৎনবী নাৎ হায়বসিদী
খূৎশেম্লী, মপাঙ্গোণ্ডগী মীগী খূৎলায়নি ।
নশাবু মীওয়ব'ম ওইন শক্তাকউ,
মীবু শক খণ্ডননব থম্মোয়দ য়েংউ
জাৎ কুচু লাইনীং লোনচৎ, চাকচা য়ুথক্ক
মীওয়বগী মীনুংশিদ পল ওইহনগনু
ঈশ্বরন অচান মীরান নাইদন ব্রা য়েনবগুম
মাগী খূৎশেম ঐখোয়ন তুংইনগদবনি
কৈদৌনুংদ মীবু হম্বুন খনগনু
নশান নশাবু লুন লৌজবগুম
মীগী মনাৎ লুন শীংথানৌ
কৈদৌনুংদ তিন্নব য়াদব ওইরোইকো ।
ইমা'মত্তন পোকপ মচাদফাও মান্নদ্রী
অচৌব, অমুব, ব্রাশীনগনব, নুংঙাইথোক্কনব
খেন্নবদূন হেন্নদূম নুংশিব হেঙ্গৎহল্লি ।
লৈপাক্কী ললবু নশামক্রম ঙাক্লীংউ,

অমোৎপ'মত্তং তৈবদ নমায়মক্তস্তুম ফাও।
তৈথোকউ, মীমাওদ ফজদে'গী ইকায়ন।
নুংশিবব অঙাংশা : যুগ লোইশিল্লক্রেনে'
মীওয়বগী কবাম্বন পঙ্খে লান্দূন
কল্লক য়েংথীবগী মলোম্ন ব্রাংমনখিবন
অমন অমদ লান্নীংনবগী উকলগীদমক
লোৎন, ফোংন শানরিব পৈশিন্নরিব
তমথীশ্রব ন্যুক্লীয়ব বোম্ব টোপসিংন
অহীংবগী কাযদোঙফম ইমা মালেম'সে
নোংম নৎত্রগ নোংমদী লীখোকহৈদন
তাঙ্গোয ওলহনথ্রগদবা ওইথোকপন নম্বন
মঙ্গল গ্রহদফাও খুন্দাকনব কঙ্গিন্নবব
কোক্কী চাংযেংগী পন্দোম লোম্লসিদ
ঙসিগী অঙাং নখোযনে লান্নংহৌগদৌবিসে'
অঙাংদী লাইনি খন্ন শিঙ্গা ও
শেম্বীব মপৃদগী পাঙ্গল নিয়ু
পৃথী ইমাগী পৃঙ্গি নুংশাংনঙাই
মালেম শীনবদ খৃদম ওইরুনব
পুবো শক্রোন, সান্তীগী লাংওন।।

---

“থব্রায়গী খেন্নব”

খুন্নাই বাশুব শিনশঙগী
বাখল লীশাঙ থাবশা
নখোয় ঙম্নমক চূংশিন্নবো
তাইবঙ থব্রায় শানবসিংগী মরক্ত
মীখক্তন থব্রায়গী বাখঙবসে
থবায়গী মবমদ নৈনবো।
কনা’মত্তগী মত খেত্তোক্লমগনু,
লুপ্রব পূংফম্মী খল্লূ
বাবেপ্ত ফাগী যাবোইকো।
মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ,
লৈপাক অমদী তবঙগী
অশূনব মশক্ল লেপ্লীব
অচৎ চত্তগী তাইবঙপানসিদ
থব্রায়ন অহীংবগী থূদম্লীদনা।
পাম্বীন, শান, ঙান
তীল-কাঙ, উচেক্লীংন
থব্রায়ন কায়দোঙলি শক্তাক্লব
য়েনীং হুক্লি, চারীসিংদ
থব্রায়গী খেন্নব খন্দোকঙস্ব
মীওয় লাইওইব কনানোনে
ঙাগী থব্রায়ন ঙৌই
হৌদোঙগীন মকই হায়ন

অরেপ্প মশক পীওম্ব,

অকম অয়াঙ ওনওম্ব ?

মচা কায়নববী মমান

থৱায়ন থৱায়গীদমক খাঙহ্নেদ

অহীংদ তেংথা নাউওইবদ

অসিন পাঙলগী মীকপখোলনি

ঐগী মীগী খায়ন

থম্মোয় নুংহীক্রোই'বু য়াববনে ?

থৱায়বু মন্তীক্লব তোক্লসে,

পায়বিব শিনফমদগী শক্তাকুমসি,

পামজব থাজজব লাইনীংলোনগী

যাহীপ চাকচাদগী তোঙানহনসি,

শেংলিব ফীজোলগ শম্লহনগুমসে,

লৈঙাক মবীল হোবগী

অমগ অমগ তানদব

অঙাঙ অঙাঙ চাউনবগী

অঙম অঙম চানবিব

থৱায়বু হিংথৎ থদৎপগী

অহীং নুংথিল খায়দ্রব

য়ূমফম য়াওদব মীশীদ

হিংহৌরিব পেন্দবসিংগী ৱাকৎখোলন

কৈদৌনুংদ শরক হাঙদবগী

ৱাকৎ খোঙ্খাঙন নিল্লব

খোল্লাউগী মরুদ নৈনরো

‘শেল ফংগদব মীশী’ব’

হীরম অদূমসু চীথরমগনু

থব্বায়বু মন্তীক্লব হৌনবরো ?

থব্বায়ন থব্বায়বু নোল্লূক্লবসে

মীপূম খূদীংন থানদ্রব

অশিবন পুবস্থ থৌদাংদূগী

মহুৎ মবেঙগী ব্বাকত্ত

শেলন পূম্নমক তেখবিব

মীহাৎপগী মবাল কোক্লবিবসে

মীশীদূগী চৈথেঙন কনমনখিবন

থব্বায় অদূম মাঙখিবন

হিংহৌবিব মাগুম্বসিংগী মবাযবক্কীদমক

খঙলমদবসিংদ লঙজীল ওইহৌদূন

কনাদসু থৌওঙদূ হল্লক্তনব

অচূম্বগীদমক থব্বায় পাম্মূদন

কনান লাল্লী, চুন্নীব

কদাযদগী কমদৌন হৌবকখ্রিব

ফংফম থোকপা মহৈগীদমক

লাইগী ব্বায়েন চথহন্নব

খূল্লঙ লমনগী তাইবঙসিদ

মাঙগী তুংগী থৈদোক্তন

অবানবগী মাযোক্তা নীংহন্নদ

মায়োক্লকব্ব হীবম খূদীংদ

কথোকপন মাঙ থাবগী

মীগী তমথীব শাজৎসিংন

মী কনববোমদ ওহ্নোবক্তূন

শামৃ লমশান তেধবক্লগ

কান্নবদ মপা লৈতবগুম,

যাহুৎপীদ্রব ল্যযওযবব উপালন

তাইবঙকী থম্মোয লৈতাহনবগুম,

ব্লাকৎন মাযওন চুন্নব

যৌক থেংলু খূদীংবু

ঙানখৎ তেকখৎহন্দব ঙমদবনে,

ফত্তব অমোৎপবু চামথোকপনে

তূমশীন্দূন পঙথকব্বসিংবূ যাকাযহনবনিনে!

কনখ্রব ইব্লায ইনীলনে।

অসিমসু খন্নৌ নৈনৌ

ব্লাখল লীশাঙ থাবশা

মীগ মীগ পানমিন্নব

মীওযব খুন্নাইগী কাঙলোন্দ

খুন্নাইলোনগী ফিদম ঙাক্লীংব

তন্দব ইচঙ থৌবসিংন

খুন্নাই হাক্কন্নবগী লাহ্নেংদ

হীংশাদ তোংলগা মাযোক্লবদৈ

ফংনীংলিব পান্দমগী ওন্নবদ

মীওৎ মৈশাত নংদূন

ঈহিংত চাইথোক্তূন নমথীবন

মীওযব মশেল্লক্ত তূক্কচনহন্দূন

মবোমদোম মবোমদোম চৎনীংলক্লীব
ইহৌদূ ফাগীগুম য়াংলক্লীব
লাছেংদূদী অচূম্বগীদক্লী খঙও।
মাঙ তাক্লবগী খূৎলায়দী
অচূম্বগী লাছেংদগদী নামূংনৈ
‘মবীল খোয়ব পাওদবসিংতন’
শিছানবৈ খূৎশেমদ ঙাবনে,
অওনব’ম পুবক্লবৈ লাঞ্জওদবু
লৈবক্লীব’ম শক্লোন হোংহন্দন
কবম্ন অহোংব পুবক্কদোইনো ?
লাছেংনবগ, শেল তানবগদী তাইওন্নে,
য়েখায় থুগাযব, য়েক্লব, শীংনবখক্তনি,
মশান মাঙ তাকচরব,
অসিদবু অমূক মপাছোওদগী
খূৎলাযগী পাম্বে চঙহল্লদী
লাকফমদূন কনান শীল্লক্তোইবা ?
নুংদ লৈব থরায’সে
অসিগী মতীংতন শেংলবনে,
খূৎশেম’মওন লম্বা য়াদবনি
তীজ্ঝোক পুবিব ককচেংগুম
অপূনবগী লিংজেলগী খূৎলাযন
চঙন ফিরান থেৎকনি,
থরায়’মত্তসু মাঙহনব তৌদন
থম্মোয়বু খূদুম চনবনে,

মীনসু লাইনসু য়াব
তাইবঙন তাইবঙবু কন্নবেনে।
অদূন-অসিমসু চীখবমগনু
ঐখোযগী হকচাং কয়াৎসিং
অমত্তা মখৌ পূন্দবন
মান্নন মক ওইবিবসে
হকচাংগী অমোৎপ লৌথোকপদসু
নাকম লূখম উঙমদবসিং
ঙম্নমক চীখবমদন লামঙমদূন,
পূক্লীংন হকচাংবু নীংজবন
শক-চু পান্না শেংবগুম
লৈকোল'মত্তগী লৈখলগুম মান্নদব
লৈপাক খূন্নাইগী মীযামসিংসে,
লৈখল শুবগ শুমহৎলিব
লৈগী লৈখোঙ খূদীংমকপু
মালিন মান্নন শেংদোকপগুম,
লৈপাক'মগী শক্তম ঙাক্লীব
মখৌ অমমম থাগোন্নব
মান্নব থব্রায অশেংবমক্তনি।
শকমান্নদব মমা মপান
শক-চু খোঞ্জেল খেন্নব
মচাসিংবু তোঙান্নন উদবগী
পূকচেল খোযজেল তিন্নবিনিদনা!
মান্নদবন থল্লবা খুন্নাই'ম

তাশীন খোমজীন্দূন লৈঙাক্লীব
অকনব অথৌব লমজীংবন
লৈপাক খূন্নাই অপূন্নবু
লৈকেলগুম, হকচাং কযাংকুম
মান্নন য়োকহৈ ঙাকহৈদ্রব
অমদন তূমিংকূম তাথীরগ
অমবুন লাই-মচাগুম থাঙ্গংপ
থব্রাযবু মন্তীক্লদূন লৌনল্লগ
কবম্ন ব্রাকংখোলন নিল্লোইদোইনো ?
পেন্দব থন্নায়গী তেংথাখোলবু
শেলন মেনববু ব্রাযেনলো ?

---